অফোঙবা ঃ- পৌ: গোলমৈ অমুসনা কবুই,
মহাবলি কবুই, ইম্ফালদা লৈবনা
অজাকো, মণিপুরগীদমক
লমযানবা প্রিন্টর্স, ইম্ফালদা নম্নগা ফোংজবা

অহানবা ফোঙবা ঃ- জুন ২, ২০০২, ইং

কপী মশীং ঃ- ৫০০/-

কপী রাইট ঃ- অইবা মশামক

মখুম ঃ- আর কে জয়

মমল ঃ- লুপা ৭০/-



নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# ঋাহৈ খরদং

লনবোন কবুইনা ইবা ঈগী মচুদি খেন্নদে হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিকসি পারে। অচম্বা ঋাহৈ-ঋাতানা ঋাখল-পুক্লিংগী ইথিল কয়া শৈরেংগী মহাউ হাপ্পা ফোঙদোকপা মওংনি। অদুম্মক নুংঙাই। লাইরিকসিগী তোপ-তোপ্পা মশক অমদি কাঙলুপ, লাইনীং অমসুং নাৎকী খেন্নবা লৈজরগসু পূন্নমক্লা মমা লৈবাক নুংশিবগী ঋাখলদি চপ মান্নফম থোকই হায়বসিনি। ঙসি মণিপুরদা তোঙান তোঙানবা মনাৎ লৈজবা কাঙলূপ কয়ানা তোঙান-তোঙানবা লাইনিং পথাপকা শাগোন্নদুনা হিংমিন্নরি। অদুবু পুঋারীগী তমথীবা নোংলৈ নুংশিংকী শাহমদা অমদি মশাগী মরন্নাইগী কান্নবা মীৎয়েংদা অসিগুম্বা অপূনবা শক্তমসিবু মচেৎ তানা থুগাইনবা তৎতনা হোৎনরি। অসিগুম্বা কা হেনবা লৌচৎ অসিগী কন্নবা তোরৈদা মমল য়াম্নবা থঋায় কয়া লূপথম্রে। লনবোন কবুইনা মদুগীদমক লাইরিকসিদা মথম্মোয় শোক্লা তেংথাজবনি। শান্তি লৈতবা মফমদা চাওখৎপা খক য়াদে। শান্তিগী মরুদি নুংশিনবা হায়বসিনি। ঙসি লমদমসিদা খ্বাইদগী তঙাইফদবা পোৎশক অমদি নুংশিনবা হায়বসি মাঙখিদনবা হোৎনবসিনি। অইবনা মসিগীদমক থম্মোয় শেংনা লাইরিকসিদা পাউজেপ্লবনি। লৈঙাক্কী অপূনবা (পোলিটিকেল ইন্টিগ্রেসন) দি অরায়বনি। লুরিবদি, থম্মোয়গী ওইবা অপূনবা (ইমোসনেল ইন্টিগ্রেসন) অদু পুরক্কবা হোৎনবসিনি। অসিগুম্বা লুরবা তানফমসিদা অইবনা ঈগী মচুদি খেন্নদে হায়বা শৈরেং লাইরিকসিমা পুথোকপসি মতম চপ চায় হায়নীংই। ঙসিদি লনবোনগুম্বা কবি কয়াগী অচৌবা তঙাইফদবা অমা মণিপুর ইমানা খৌরাংনা ঙাইরি। মরমদি মাগী শৈরেংদগী থোরকই ঃ

*“অপঙবা মীয়াম্নদি খঙবিদে*  
*থাজৈদো লুচিংবনা ঙাংবনি;*  
*চীঙমী তম্মী অনিগী মরক্তা*  
*শীংচেপ থাজিল্লি লুচিংবশিংনা*  
*নুংশিনদনবা, তোখাই তানবা মচিল মনাও।* **(ঐখোয়গী চীঙলৈবাক)**

অদুবু মরনাইগী অখূবা মীৎয়েংদা রাজনীতি তৌরিবা অমদি মীয়ামগী মমিংদা লুচিংবা শারিবশিংগী মায়োক্তা চঙশিনখিবা খৃষ্ট কুম ২০০১ গী জুনগী তাং ১৮ গী খোঙজংনা মণিপুর হায়বা লমদমসিদসু মমা লৈবাকপু নুংশিবা অমদি চীংমী তম্মীগী অপূনবা শক্তম্বু কঞ্জনীংবা মীওই কয়া লৈরি হায়কগী অচৌবা খুদম অমদি ময়েক শেংনা উৎখ্রে। অদুগুম্বা পুঋারীগী লামায়দা ময়েক লানা ইহৌরগদবা থৌদোক অদুবু অইবনা অসুন্না শৈথাদুনা মাগী ঋাখল ফোঙদোক্লি।

*ইমা লৈবাক ইরমদমনা কায়রবদা*  
*মীওইনা হিংলুবগী করিবু কান্নরি।*  
*শিখিবনা চাম্মা হেন্না ফরবনি;*  
*অশিববু অকিবা লৈতনা চঙশিনখিবা*  
*ইরমদমগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী চাওরবা খোঙজংনি।* **(২০০১ ইংগী জুন ১৮ গী ঈহৌ)**

অইবগী লাইরিকসিদা তোঙান-তোঙানবা হীরমদা ইবা শৈরেং খরা চোইনা য়াওজরগসু অপূনবদি মমা লৈবাক মণিপুরবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা, মসিগীদমক কৎথোকচনীংবা অমদি হিংজনীংবগী অপাম্বা ফোঙদোকপনা মপূং ওইবা হীরমনি। অসিগুম্বা বাখল অসিমক্তি ঙসি লমদমসিগী মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা শাগৎপগী তঙাইফদবা লৈরিবা। অদুবু ঙসিদি ২০০১ ইংগী জুন ১৮ গী থৌদোক্তা মসিগী পাউখুম পীখ্রে। অদুনা অইবগী কলমদগী অসুম্না থোরকই-

*হো ইমা! নঙগীদমক লেপ্নি চীঙজাওগুম*

*মশিং থীঙমদ্রবা নচাশিংনা*

*শোইদনা থেংনরগদবা লানফম অমগীদমক*

*শেম-শারি লেপ্না লৈতনা*

*থাংজিল্লক্লি মান্নবা খোঙথাংদা*

*পম্থুং অমগী ইমা নঙগীদমক।* (ইমা নঙগীদমক)

চঙশিনগদৌরিবা খোঙজং অসি শান্তিগী লাঙ্গংনি। শান্তিগী পাউজেল পুবনি। শান্তিগী মমিং দা ঈগী লৌখোং তৌবা নৎতে। ঙসি ঐখোয়না অরানবা পুথোক্লগদবা নৎতে, মলোম শাগৎনগদবসু নৎতে। মসিদা ঐখোয়গী তোংজবা অমত্তা লৈতে। চফু কায়রগা কাক্লা হরাওই হায়বদু তারগা তোক্কনি। ঐখোয় বাখল খম্বা মতমনি। অসিগুম্বা শান্তিগী চপচাবা পাউজেল অসি পুরদুনা অইবনা অসুম্না ইরি ঃ-

*ঐখোয় পুল্লসি চীংমী তম্মী*

*ইমা অমত্তগী মচানি ঐখোয়*

*ইমাগী তম্পাক্তগী চাওরকখিবা ঙাক্তনি*

*পুন্না, জাৎ-বিজাৎ খায়দনা*

*চঙশিল্লসি খোঙথাং অমত্তদা*

*তৌরসি ইমাগী সেবা লেপ্তনা*

*অমুক্তংদি ওইহনসি ইমা লৈবাক*

*শান্তিগী লমদম।* (শান্তিগী লমদম)

ঙসিদি অবা মৈচেন্নরিবী মমা লৈবাক মণিপুরবু তশেংনা নুংশিজবা কবি অমা ওইনা মথৌনা ফনা চোংথোরকপসিমক তশেংনা থাগৎনীংই। মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই চা কয়াগী মহৎশিন্না লনবোন কবুইবু তরাম্না ওকচরি। তুংদসু অনৌ অনৌবা লাইরিক কয়া-কয়া পুথোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী থৌগল তৌবিগনি অমদি মণিপুরগী অপুনবা শক্তম শাগৎতুনা লমদমসিদা শান্তিগী পাউজেল পুবিখিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা থমজরি।

তাং ২৭/৫/২০০২ ইং। ডাঃ লনচেনবা মীতৈ

# থাগৎচবা

শ্রীলনবোন কবুইনা ইবা "ঈগী মচুদি খেন্নদে" হায়না মিংথোনবা মৈতৈলোনগী শৈরেং লাইরিক অসি প্রেসতা লৈরিঙৈদা ঐহাকসু পাজরে। মহাক্কীদি মৈতৈলোন্দা অহানবা খুৎমাবা লাইরিক ওইজরগসু হৌজিক্কী সমাজ অসিদা থোক্লীবা থৌদোক ৱাথোকশিংবু নাকোইননা অমদি ৱাকোই শুদুনা ফোঙদোকপগী মহৎতা মহাক্কী ইচম চম্বা লোন্দা-পুদা শিজিন্নদুনা মীয়াম্বু ইরাই লাইনা খঙহন্নবা হোৎনবীরী।

অদুগা লোয়নন্না ঙসি ঙসিমক তংদু-লৈতানা হিংবা ঙমদ্রবা মণিপুরী খুন্নাইগী ফিভমসিবু ঈশ্বরগী থৌজালগা লোয়নন্না নুংশিবা মাতনা পুন্নমক্তা শান্তী পুরকপা ঙমগনি হায়বসি মাগী শৈরেংশিংসিনা উৎলি।

অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক অসি মণিপুর সাহিত্যগী পুক্কেদা অনৌবা লৈরাং লৈচল অমা ওইরগনি হায়না আশা তৌজে। লোয়নন্না মতুংদসু মখল কয়াগী লাইরিক পুথোরক্কনি হায়না ঐহাক্না থাজে।

পৌদোনগাই কামসোন
প্রেসিদেন্ট,
অজ্ঞাকো, মণিপুর

ইম্ফাল,
তাং ২০।৫।২০০২ ইং,

# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

সাহিত্য হায়বসি সমাজ অমগী মীংশেল অমনি হায়নৈ। করিগুম্বা সমাজ অমবু করম্বা থাক্তা লৈরিবগে খঙগে হায়রবদি জাতিদুগী সাহিত্যদা য়েংলগা খঙবা ঙম্মী। সাহিত্যদা অইবা অমদি ইদবা হায়না খায়দোক্লম্লবসু ফংলীবা মচল খরদুনা জাতিদুগী হিংলিবা খুৎহিংদুদা মদুগী থাক্তু মতাকচৈ। তৌবতবু লাইরিক ওইনা নম্লগা ফোঙদোক্লবদি মীয়াম্না খঙবদা মতম চঙদে অদুগা চিনবুংদা লৈরম্বশিংদি পাক-শন্না খঙমিন্নবদা মতম চঙই। সিদনি খেন্নবা।

হন্দক শ্রী লনবোন কবুইনা মৈতৈলোনগী শৈরেং "ঈগী মচুদি খেন্নদে" হায়না মিংথোনবা লাইরিক ( শৈরেং ৫৫ য়াওবা) অসি প্রেসতা লৈরিঙৈদা ঐহাকসু পাজরে। লাইরিক অসিদা না, পু, নীং-মাং খর ওন্নজরবসু ইরমদমসিগী হৌখ্রবা মতমদা থোকখিবা পুৱারী, হৌজিক ওইরিবা ফিভম অমদি তুংদা থোক্লক্কদবা ফিভম্মু নিংথীনা শৈথাদুনা ইরি। ঙসিগী তংদু লৈতাদ্রবা মীরোনশিনা মশানা-মশাবু মশক খঙজরগা জাতি-বিজাতি খায়দনা নুংশি-চান্নবা, ঈংনা তপ্না হিংমীন্নবগী অমতা ঙাইরবা শিদ-হিদাকতি "ঈগী মচুদি খেন্নদে" হায়বা ৱাখল্লোনসিনি হায়না মীয়ামদা কবিনা লাইরিক অসিদা পাউজেঞ্জরী।

অসিগুম্বা লাইরিকসি মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা কবুই জাতিদগীদি অনৌবা মথেল অমনি, লৈচল অমনি হায়জনিংই। মতুংদসু অইবনা হেন্না ফজবা সাহিত্যগী মচল কয়া খুদোল তম্লকপা ওইসনু!

কে. কামসোন কবুই
সেক্রেটরি
হৌ খুনাই ইনাৎ থৌশিল লুপ
ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ২০।৫।২০০২ ইং,

# ঐগী থম্মোয়নুংদগী

মালেমদা লৈরিবা মীওই কাঙলূপ-ফুরূপ খুদিংমক্তা মমা লৈবাক্কীদমক শিবা কিদনা থবায় কখোক্লরি। অদুবু লান তৌনবগী অরোইবা পনখৈনা করি ওইগনি! লানফমদা শিখ্রবা থবায় ময়ামদুবু অমুক হন্না কখিগদ্রা? য়েক্লবা হায়বসিবু করিনো? নুংদা ফুমদুনা লৈরিবা বাখল্লোনশিংদু ফোংদোক্লদুনা চমথোক্লবা য়াদ্রবরা-?

কল্লক মীহৌ, হম্ভুনা য়েংবা মীৎয়েং, অচাওরম কানীংবা, ঐনা মহেল্লি উৎনীংবা, অপিকপা বাখল, অখুবা মীৎয়েং, অসিনা নত্তবরা লানগী হৌরকফম! কাঙলূপ-ফুরূপ অনীগী লানফমদা মথন্তা হিংহৌরবা লান্মী অদুগী বাখন্দা করি খল্লমগনি? অমুক্তং খল্লমিন্নসি-।

পুন্নমক অসি থাদোক্তুনা জাৎ-বিজাৎ, ধর্ম্ম- লিচৎ, অচৌ-পিশক খায়দনা ঈংনা-তপ্না, মালেমদা অমনা অমবু ইকায় খুম্নন, নুংশি-চান্ননা হিংমিন্ননবগীদমক অমদি অনৌবা মালেম অমা শেম্ননবগীদমক ঐগী থম্মোয়নুংদগী থোরকখি, ঐগী শৈরেং "ঈগী মচুদি খেন্নদে"। মালেমদা লৈরিবা মীওইবা কাঙলূপ-ফুরূপ খুদিংমক ঐখোয় অমত্তনি, কনানা কনানো? ঈগী মচুদি খেন্নদবনি।

মরুওইনা ঐগী শৈরেং লাইরিক অসি ইজখিবগী মরমদি পীকখ্রবা ইমা লৈবাক, ইরমদম অসিদা য়েহৌঙে লাই হাক্তুগী খুন্দা লৈতামিন্নদুনা চহী চা কয়া, ঈগী মরী ইচিন-ইনাও ওইবগী নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নরক্লবা ইরমদম অসিগী চীংমী-তম্মী অনীনা মতমগী ফৎত্রবা নোংলৈ-নুংশিৎনা হুম্বদা অসুম অসুম লাপথোক্লখিদুনা ইরৈবাক অসি কায়বা য়াবগী ময়ি অমা চৎলক্লবদা, লৈতাফম খণ্ড্রবা থম্মোয়না ঈংনা-চিক্লা, তংদু-লৈতানা ইরমদমসিদা হিংমিন্নজনিংবদগী শেংলবা থম্মোয়নুংদগী থোরকপা চম্লবা ঐগী খোঞ্জেল্নি।

শৈরেং লাইরিক অসি ফোঙবিনবা (পব্রিশর) ঐনা হায়জরুবদা হরাও হরাওনা য়াবিরকখিবা ঐগী মরুপ পৌঃ গোলমৈ অমুসনা কবুই, মহাবলি কবুই. ইম্ফালদা লৈববু থাগৎচবগা লোয়ননা পুন্সিগী শিংঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে হায়না লৌজরে।

লাইরিক্কী মমিংদি "ঈগী-মচুদি খেন্নদে" হায়বা শৈরেংগী মমিং অসিবু খনজখি। মসিদা ঐগী নুংশিজরবা মরূপ মপাংশিংনসু য়াম্না চুনরে হায়না পুক্নিং থৌগৎপীরকখি। ইমালোন্নি, লায়থোকপা য়াদে। বনান লানহন্নীংদে। বনানগী মতাং য়ৌরকপদা ঐগী মরূপ ডাঃ লাই ইমো, হুইয়েন লানপাউগী কলমনিষ্ট অমদি থিংবাইজম শরতচন্দ্র, এক্স-জেনেরেল সেক্রেটরি, মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, মখোয় অনীনা চিরবা মতমদা তেংবাঙবিবগীদমক্তসু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচবা ফোঙদোকচরি।

শৈরেং লাইরিকসিগী মখুম য়েকপিয়ু হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবিরকপা ওজা আর. কে. জয়বুসু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা হীরম কয়াদা মতেং পাঙবিখিবা ঐগী নুংশিজরবা মরূপ-মপাং, ইচে-ইচল অমদি ওজাশিং খ্বাই খিবিকপুসু হন্না হন্না থাগৎচবগা লোয়ননা শিংঙন্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে।

লাইরিক অসিগী মরমদা ব্রাহে মঙা-তরাদং ফোঙদোকপিয়ু হায়জরুবদা হরাও হরাওনা য়াবিরকপা ওঝা ডাঃ লনচেনবা মীতৈ, পৌদোনগাই কামসোন, প্রেসিদেন্ট, অজাকো, মণিপুর অমদি কে, কামসোন কবুই, সেক্রেটরি, হৌ খুনাই ইনাৎ থৌশিল লুপ, মখোয় অহস্মুসু চিরবা মতমবু কায়থোকপীদুনা তেংবাঙবিবগীদমক্তা থাগৎচবগা লোয়ননা পুন্সি চুপ্পা কাওজররোই।

অরোইবদা, লাইরিক অসিবু করিদা শোইখি-লানখিগদগে খন্দুনা অৱাৎ-অপা কয়াবু য়েংশিনবিদুনা মপুঙ ফাবা লাইরিক অমা ওইহন্নবগীদমক ব্রাখল-লৌশিং পুথোক্লুনা অৱা-অনা কয়া খাঙবিদুনা হোৎনবিখিবা লময়ানবা প্রিন্টরস, কোনুং লমপাক, ইম্ফালগী মেনেজর, ওজা তাওরেম মঙ্গি অমদি মাগী ষ্টাফশিংবুসু থম্মোয় শেংনা থাগৎচবগা লোয়ননা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

খ্বাই তরাগী

**লনবোন কবুই**

মহাবলি কবুই, ইম্ফাল।

ইম্ফাল,

তাং ২২।৫।২০০২ ইং

" ২০০১ ইংগী জুন ১৮ দা ইমা লৈবাক,

ইরমদমগীদমক থৱায়না পোনথা ওইখ্রবা

অথৌবা অথৌবীশিংগীদমক"

# য়াউফম তাকপা





# হয়ি শিদবা

লৈবাক নোংথৌ শেম্বীরিবা
লোইদাম থাজ পাখংবা
য়োয়ময়াই তাওদনববু নোংদম্বা
মৈ-ঈশিং নুংশিৎ
অচৎ-চত্তবু শেম্বীরিবা
কোয়রেল লাইগীদি লাইনিংথৌ
অঙকপনি নতিক নগুণবু
শৈথাজবা ঙমজদে নথৌজাল।

ইবুংঙো নঙবু খঙদবা
নমু তাইবং মহাক্তী
থুংলারোই মহাক্কী নীংজবা
খংলরোই মপোক অসিমগী
ইবুংঙো মহাকপু শোঞ্জদবা
উররোই লৌশিং মৈরাবু
কেমখিনি মপুঙ্গী অরেম্বদা
অমুক্তং হিংবা তাইবংদা।

## লনবোন কবুইগী

নমু তাইবং পোংলমচংকী
অৱা পোখ্না ফংননবা
পীবিরি অমম্বা অহিংবু
অমুকসু পীবিরি অঙানবা
লৌশিং মৈরাবু চুখৎনবা
তাইবং শিস্থা পাঙলগা
ৱাত্তু পাদববু ওইনবা
খুঙ্গাও-লৈচাওনা পান্নবা।

অপোম্বা লৈরাং কয়া
নোংমদোন লিক্লা তারক্লবা
ফুগাইনা লৈশাংপু তম
উমং ঙান্না শাৎলীবা
শিঙেল লৈরাং নিংথীবী
মালয়া নুংশিৎ নামীবা
নুংশিরবা লৈনম য়েল্লিবা
ইবুংঙোগী শিস্থা ত্তুংইন্না
চৎথরি কায়ফদনা হৌজিকসু।

তাইবং শিস্থা পাঙলগা
নমুপোংগী পুকচাক পীবিরিবা
য়ুম্লীং খুম্লীংদবা লম্লক্কী
শা ঙা উচেক
মশীং থিঙমদবা পুম্নমক্কী
নোংমগী ৱাত্তনবা পীবিরিবা
ইবুংঙোগী থৌজালনা হিংবনি
পীনহৈবা নঙগী খুদোম্নী।

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

য়াহৌ ঙনবা চেক্লাশিংনা
পামেল ফৈরাথক্তা তোংদুনা
হরাওনা মনীং তন্না
মখৌ পোংনা খোংলিবা
ইবুংঙোগী মগুণবু শৈথাজবনি
মতম লৈবা খিবিক্তা
মপুগী শিন্থা ইনবনি
কায়ফদবা ইবুংঙোগী য়াথংনি।

কয়াদা নুংশিত্রবা খম্থরুব্বদা
তাইবং মীরোল থোক্তবা
তীল, কাং, কৌজেং, হারৌনা
শেম্বীবা মপুবু খঙজরবগুম
তৈনবা খোঞ্জেন্দা শৈথারিবা
অঙকপা নঙগী খুৎশেন্নী
খঙবা ঙমদে কনানসু
কৈদৌঙৈ লোইগবা মালেমসে।

# ২০০১ ইংগী জুন ১৮ গী ঈহৌ

নাগালেন্দা তৌরম্বা সিজ ফায়ারনা
মণিপুরগী লমদমদা য়ৌশিল্লক্লে তারবদা
চোংথোক্লরকখি, "মণিপুর কায়বা য়ারোই"!
হৌনরুবা লৈতনা মফম খুদিংদগী
চেম্থোরকখি নুপী অঙাং, অহল নহা খাক্তনা।

ৱাকৎননবনি লুচিংবশিংদা অশাওবগা লোয়ননা
নোংপোক, নোচুপ, খা-ৱাংদগী চঙশিল্লকপা
শাফু কল্লবা মীয়ামগী খোঙজংনি;
মশীং থিঙমদবা, জাৎ-বিজাৎ খাইদবা মীয়ামগী
খোইশাওনরবা ঈহৌনি, মণিপুর ইমাগীদমক।

ইমা লৈবাক ইরমদম্না কায়রবদা
মীওইনা হিংলুবগী করিবু কান্নরি!
শিখিবনা চাম্মা হেন্না ফরবনি;
অশিববু অকিবা লৈতনা চঙশিনখিবা
ইরমদমগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী চাউরবা খোঙজংনি।

অচুম্বতবু ৱাকৎচগে, পেন্দবতবু ফোঙদোকচগে
লুচিংবা মাতবু উনজগে চঙশিল্লকপদা
নোংমৈ গুলিনা পাউখুম পীরক্লবদা

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

ঈখেংলক্তা থবাইনা পোছ্না ওইখি
ইমা লৈবাক্কীদমক অথৌবা অথৌবীশিং।

হে লাইবক ফরবা অথৌবা অথৌবীশিং!
ইমা লৈবাক্কীদমক থবাইনা পোছ্না ওইখিবদি
চঙনা স্বর্গ কারবনি নখোয়দি
ইমাগী খোল্লাং লমনবু শিংলবনি
পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি।

শহীদ ওইরবা অথৌবা অথৌবীশা!
নখোয়গী কখোক্লবা থৌনা লীংজেল্লা
হন্দোকখিদো সিজ ফায়ার মণিপুরদগী,
কনখিদো ইমাবু, মীহৌ চাউবা মখুবাম্লুংদগী;
দিল্লিগী লুচিংবশিং মাইরৈখি, অচুম্বগী মাঙদা।

নখোয়না চংলম্বা অচুম্বগী খোঙ্গুল লিক্লম্বু
মশীং খঙদ্রবা নরৈচা খুদিংমক্লা লিরক্লি ঙসিসু
থৌরাংলি লেপ্পা লৈতনা হয়েংগীদমক,
পীনবিয়ু থৌনা লীংজেন নখোয়গী
লানঙম ফিরাল থেংনবা ইমা লৈবাক্কী। ✍

# অনৌবা যুগতা ঐখোয়

কুম্মাথোই শুবা সেনচুরিনা লাক্লবদা
অনৌবা বাখল, অহোংবা আশা
অওনবা সমাজ, অনৌবা মালেম
ওইহল্লসি ঐখোয় অনৌবা যুগসিদা।

লাক্লে মালেমদা অনৌবা মঙাল
তিল্লসি মমদুনা লৈরিবা ঐখোয়সু
অনৌবা যুগকী চাউখৎপগী মঙালদা
করিগী লেপ্লি নখোয় অমম্বদা ?
জাৎ-বিজাৎ, ধর্ম্ম খায়দুনা
হিন্দু, মুসলিম, শিখ, ইষাই,
অহেনবা তান্নদুনা করিগী মুক্সরি
থাদোক্লো মালেমদা প্রলয়গী থৌরাং।

অরিবা, মল্লবা, ফত্তবা পুন্নমক
অপিকপা, অখুবা, হম্বা মীৎয়েং,
হন্দোক্লসি মালেমদগী য়ান্না লাপ্না
অনৌবা যুগনা লাক্লবসিদা ঐখোয়।

অকনবনা অচুম্বা শকই খঙনা
করিগীনো খিন্নরিবা ন্যুক্লিয়ার খূৎলাই
লেংলি পাল্লিবা জিব খুদিংমকসিবু
তুন্না মাঙহল্লগেরা খাংঙুথক্তা মালেমসে।

নুংশিবা য়াওদ্রবা নঙগী ধর্ম্মরা ?
মালেম ইমাবু হাৎলগে খল্লব্রা ?
নখোয়বু পাপ পুরোইদ্রনে, খম্বুররোইদ্রা ?
করম্বা ধর্ম্মনো মালেমসিবু মাঙহন্নিংলিবা ?
মালেমদা য়েক্লবা অমা থল্লগুমসি
চেল্লসি অনৌবা যুগকী পাউজেল
খঙহল্লসি মালেমদা মতম চুপ্পগী
হিংমিন্ননবা ঐখোয় স্বর্গগী লৈকোলগুম। ✍

# নীংশিংলি ঙসিসু
# ইমাশিংগী থৌনাদো

মালেমদা থোকখিদ্রিবা অচৌবা লান
মীপুম খুদিংমক্না তাবদা ঙক্নরবা,
নোংমৈ, সঙ্গিন লান্মীগী মায়োক্তা
খ্বাঙদা খ্বাঙচেৎ চেৎনা লাক্তূনা
বৃটিশকী শুপ্নম শাসনবু খাঙঙমদ্রবদা
হৌরক্লিবা মচাশিংগী তুংলমচৎকীদমক খন্দুনা
চোঙথোরকখি মচাশিংবু কন্ননবা ইমাশিং।

খুৎতা খুৎলাই পায়দ্রবসু ইমাশিং
মায়োক্লখি খুৎলাই পায়বা লান্মীশিংগা,
মচাশিংবু নুংশিবৈ থৌনা লিংজেলতনা
হৌরকখিবনি ঈহৌ ঈরৈপাক্কী নীঙতম্বে
চেন্থরকখিবনি অকনবা ঈচেল থিংঙমদনা
ঈহৌরকখিবনি ঈফুৎ লেপ্পা নৈতনা
মফম খুদিং ইমা লৈবাক্কী।

ইরমদমগী পোখোক্লা মীরমদা থাখ্রগা
ফত্তবা মীরমগী পোখোক্কা শিন্নরকপা,
ঈরৈচাশিংবু খুয়াগী উফুলগুম য়েংলকপা
শুনা শুনা চাবা ফংলক্তবা

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

বানা হমাং তানা নোম্লবসু
নোংম নোংমগী চাবা ফংলক্কবদা
হৌরকখি ঈহৌ নীং-খা তম্নবগী।

মচাশিংনা মবুক্তা মখুৎ পায়দুনা
"ইমা! চাক পীয়ু, চাক লাম্মে"
"ইমা! চাক চখোম অমত্তা চাগে"
মচাশিংগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রবদা
খাঙবা ঙমদ্রবা মমাশিং চেহ্নোরকখিবনি।

ইপা-ইপুশিংবু তুংওইনরম্লগা হৌনরুদনা
খাঙঙমদ্রবা মীওৎ মীনৈ বৃটিশশিংগী,
ইচাশিংনা লৈত্রবদা হিংলুবৈ কান্নরিব্রা?
মফম খুদিং হৌরকখি ইরমদমসিদা
নুপীশিংতগী লান "নুপী লান"
থেংনখিবনি অকিবা লৈতনা মচাশিংগীদমক
নীংশিংলি ঙসিসু ইমাশিংগী থৌনাদো।

ঙসিদি ইমা নচাশিংগী থম্মোয়নুংদা
মমি তাদুনা লৈরে নীং তম্নবগী,
শাফু কল্লবা চীংনুংগী ঈফুৎকুম
থিংবা ঙল্লরোইদবা ঈচেল অমনা
ইমাশিংগী খোল্লাং লমন শিংননবা
ইং ১৯৩৯ গী ১২ ডিসেম্বরবু নীংশিংদুনা
ইমাশিংগী মৈরাগী মঙালদা নীং-তম্নবা।

# অথৌবা অথৌবীশা

হে অথৌবা অথৌবীশা!
নখোয়গী থৌনা লিংজেলনা
ইমাগীদমক কথোক্লুনা
থবায়না পোন্থা ওইখিবদা
ঙসিদি ইমাগী মায়থোং মকা লাম্লে।

মচেৎ মচেৎ তারগদবা
ইমাগী হকচাংগী পোলাং
মমাবু নুংশিবগী মৈচাক্লা
নোংমৈ গুল্লিগী মমাংদা
চোংশিন্দুনা অকিবা লৈতনা
ইমা লৈবাকপু কনখিবা
কাওররোইদো নখোয়গী থৌনা লিংজেল
প্রলয়গী মৈরিনা চাক্রক্লবসু।

ঈমু নাইমু তাননবা
ইনশিন্নক্লুনা কিহল্লক্লবদা
মচিন মনাও অনীগী মরক্তা

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

ঈগী লৌখোং চেল্লগদবদা
থিংখ্রেদো ঙসিদি অচুম্বা ঈথেনা।

মিৎয়েং শান্না য়েংবা তম্মীনা
অচুম্বা পোরম য়াৎতুনা
অশিংবা খোঙথাং থাংদুনা
অপুনবা খোল্লাউ লাউদুনা
মণিপুর ইমা কন্ননবা
থবাইনা পোম্বা ওইখ্রবদা
হে অথৌবা অথৌবীশা।
নখোয়গীদমক নরৈবাকচা
লাক্ষ লাক্ষনা খুজিং ওইদুনা
পিরাংনা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চরি। ✍

# ঈরৈবাকপু নুংশিবা

ঈরৈচাশিংবু তশেংনা নুংশিবা
ঈরৈবাক্কীদমক চামরক শিবা ঙম্লবা,
কখোক্রবা মীওই অমখক ঈজাতিগী
মথৌ তারেদো ঙসিগী খুন্নাইসিদা।

হে অথৌবা! হে মীয়ামগী লুচিংবা।
জন নেতা ইরাবোত নঙদি নোক্লিংলমগনিকো?
ঙসিগী খুন্নাইসিদা শান্নরিবা লীলাশিংসে
খম্থরুরগা অমুকসু কপনিংলমগনিকো?

জাৎ-বিজাৎ খায়দবা নঙগী বাখল্লোল
পাক চাওনা য়েংবা, অশানবা নঙগী মিৎয়েং
ইমা অমত্তগী মচানি, খনখিবা নঙগী বাখল
নঙগুম্বা লুচিংবা অমত্তংদি পামথ্রেদকো।

ভোটকী মতমদি অমুক নকশিন্নক্লে
মীয়ামগী লুচিংবদি হুমফুমুক থোরক্লগনি
ঐদি পাখৎচৈদো ভোৎ হেক পল্লকপদা
ইমা লৈবাকপু অমুক বনধোপ থমখিগদ্রা?

মমাবু নুংশিবা অথৌবা থব্রায় ১৮ না
হন্দোকখিবসু কুইদ্রি বনধোপ্তগী ইমাবু
হন্দক্তি, চেকশিনহৌসিকো লৈবাক মীয়ামশা
নত্রবদি বনধোপ্তগী পুরা য়োম্থোকখিবা য়াই। ✍

# কপ্পুনা লৈরে ইমাদি

য়েক্লবশিংনা লাঙ্গোয় চন্দুনা
পাঙ্গন শোল্লবী ইমাবু
কোযশিন্দুনা লৈবে ফৎত্রবশিংনা
মখূৎতা থাঙশাঙ পাযবদুনা ,
উপায লৈত্রবা ইমাদি
কপ্লি হীক্লা হীক্লা
মচাশিংগী মাযকৈ যেংদুনা।

লৈত্রববা মমাগী মচাশিং
লৈত্রব্রনে নুংশিবিবা মমাবু
কনাইদমক্লো হিংলিবা তাইবঙসিদা
ইমা মাগীদমক নৎত্রা
ইমাগী লমন শিংঙমদ্রবা
মচাদি কদাযদা লৈগে
কবিবু কান্নবি হিংলুবগী।

থোবক্লো মমাগী মচাশিং
কবিবু খঞ্জানদুনা লৈবিগে
ইমাগী পাবী পাঙ্গনবশা
থদৎলসি পুল্লম্লিবা যোহ্লিংসে
মুনথোক্লসি য়েক্লবগী খূৎতগী ;

## লনবোন কবুইগী

নুংশিনদবগী পুকচেল মান্নদবদু
উৎলরোইসি যেক্লবগী মাওদুদা।

অমনা অমবু য়েংলিঙৈ
নোংমদি শোয়দনা শিরগনি
হিংচাবা মাগী মখূৎতা
কাউরব্রা পারী-ইমোমশা
অপূনবনা পাঙ্গননি নখোযবো
অচুম্বনা জয় ওইবনি
শিদ লাইবানি ইমাগী।

অঙকপনি ইমা নওবু
শেগায়খ্রেদো ঙসিদি ইমাবু
মিনুংশি য়াওদ্রবা মখূৎনা
মচেৎ মচেৎ থোক্লা
ইমাগী হকচাং পোলাংদগী
চেম্থখ্রেদো মমল য়াম্লবা
তাখ্রে ঈখেঙ লৈমায়থক্তা।

খোঞ্জেল থোক্লসু লাউঙমদা
হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা
মচাশিংবু কৌদুনা লৈরে
লাক্রো পারী-ইমোমশা
থীম্থরগনু মতম অরেম্বদা
ইমাবু কল্লরো নখোয়বো
ইমাগী থবায়সে থাগদৌরে।

অবাবৈ মৈশানা খাঙঙমদ্রবদা
কৌরিদো মচাশিংবু নাহেনা ;
মচাশিংগী শক্তম্বু উরক্তবদা
মায়কৈ খুদীং য়েংদুনা
মীৎলুদগী পিরাং শীষ্থনা
মচাশিংবু নুংশিবৈ মৈচাক্লা
কপ্পুনা লৈরে ইমাদি—।

লাক্লো পারী-ইমোমশা
শিরবসু শিমিন্নসি ইমাগীদমক
হিংলবসু হিংমিন্নসি ঐখোয়
চঙশিল্লবদা মান্নবা খোঙথাঙনা
কনানো মায়রোঙ য়াগদবা
খুৎতা থাঙশাঙ পায়খৎলো
থীজ্রবনি মতম ঐখোয়গী।

কপ্লগনু ইমা হৌজিক্তি
নচা ঐখোয় লাক্লে
কনানো ইমাবু শীংনরিবা
উহল্লগে নচাশিংগী থৌনা
থোরক্লো ইমাবু কল্লসি
ইমাগী ঈখেঙ লমনদি
ঈখেঙতনা শিংগনি ঐখোয়না। ✍

# মেরাগী থাওমৈ

চাক্লুক অমত্তদা চামিন্নরম্বা
অৱাৎ অপা হংনদুনা
অরৈ-লৈত তান্নরম্বা
নুংশিরবা ইচিল ইনাওশিংদো
কদায়দা চৎখ্রবগে ঙসিদি, ঙন্নমক।

ধর্ম্মগী কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎনা হুমখ্রবদা
অমাং অশেংগী চেকপন্না খাম্রবদা
তোখায় তোখায় চৎখ্রেদো
মাইকৈ শলাই খণ্ডদনা
চীংদা খরা, তমদা খরা।

তান্না তান্না লৈখ্রবনা
লাপথোক্লখ্রেদো নুংশিবৈ মরীসু
ইচিল ইনাও মশক খণ্ডনখিদ্রে
য়েক্লবগুম খন্নরে থম্মোইদা
ঈ মশেল নুংশিনদ্রে
কাওথোকখ্রেদো ইমা অমত্তগী মচাশিংদো।

অসিরা ধর্ম্ম হায়বদো? মসিরা কর্ম্ম হায়ববো?
হায়নৈ ধর্ম্মদি পুন্যনি, নুংশিবনি, ইংথবনি, অচুম্বনি,
কদায় চৎখ্রে, ঙসিদি?

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

অদুগৈ চীংগী ময়াম্বনা
তমগী মনাওদা পাওমেনখিবা
"ইনাও ইবুংঙো নুংশিবা!
মেরা থানা লাকপদা অৱাংবা উতোন ৱাতোন্দা
অঙানবা থাওমৈ থাল্লকউকো
থাওমৈ অদু উরগা ইয়াম্বনা
ইনাও লৈরি নীংশিংগেকো" হায়খিবদো
কাওরবনে নখোয়বো
অদুগৈ থানখিবা "মেরাগী থাওমৈ"।

হে ঈশ্বর ইবুংঙো!
নঙগী নুংশি অমৃত খিকপিদুনা
ৱারৌনখিবা থম্মোয়শিংবু চামথোকপিয়ু
কায়নগ্রবা ইচিন ইনাওশিংবুসু
কোনসিনবিয়ুকো নথানুংদা চেৎনা।

কায়নবা য়ারোই ঐখোয়সে
চীংবুরোই তম্বুরোই অনীমক,
খেন্নরবসু ফিজেৎ চাকচাদা
ঈ অমত্তগী মচানি
য়েক তরেৎকী শলাইনি
খঙমিন্নরসি ঐখোয় পুন্নমক। ✍

## ইমাগী লৈকোল

ইমা নঙগী লৈকোন্দি
লৈরাং লৈখন শুনা শাৎপা
নীংথীরবা লৈকোল্লিনে ইমাগী
মালংনা লিরি হুল্লকপদা
হরাওনা জগোয় শাজরিবা
অমত্তা ওইবা তাম্বাদা
ইমা নঙগী তম্পাকথকসিদা।

অদুবু ইমা ঙসিদি
নীংথীরবা নঙগী লৈকোলসে
কল্লক মিহৌ মৈরিনা
মচি মচি খুদিংদা
তোখায় তানিংবগী মৈরিক্লা
চাকলক্লে ইমাগী লৈকোল
মৈকল্লোনে ইমাগী পারি ইমোমশা।

হিন্দু, মুস্লিম, জৈন,
শিখ, বুধা, খৃষ্টান,
ইমা মত্তগী মচানি
করিগী তোখায় তানিংলিবনো

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

নুংশিরবা নচিন ননাওশিংবু
হুন্দোক্নুনা চৎলগেরা তোঙান্না
নুংশিদ্রবরা অপোকপী ইমাবু?

নখোয়না অদুন্না চৎলবদি
ইমাদি কবি ওইহৌনি
ধর্ম্মদি নুংশিবনি, অচুম্বনি
কল্লক মিহৌ লৈতবনি
করম্বা শৈতান্না ইনশিন্দুনা
ইচিন-ইনাওবু নুংশিনদনবা
ইমাবু কাযননবা শিল্লকইবা।

ঐখোয চৎকুমসি ইনশিনবদা
কামশিল্লক্লবসু মতমগী ন্যক্রিযাবনা
লেপমিন্নসি ঐখোয় পুন্না
থাংজিনমিন্নসি খোঙথাং মান্ননা
লাউমিন্নদুনা খোঞ্জেল অমত্তদা
মাইয়োক্লবসি ঙসিগী লানবুংসিদা।

চাইবল্লসি ঈখেংনা লাইজগুম
য়েন্নিং হুল্লক্লবা ইমাগী লৈকোল
নিংথিরবা স্বর্গগী লৈকোলগুম
অনৌবা আশাগা লোয়নননা
উৎলম্লসি নুংশিনবনা জয়নি
অপুনবনা ঐখোয়গী পাঙ্গলনি। ✍

# অনৌবা মণিপুর অমা

হুমদোকখ্রসনু সমাজগী অমোৎপা
মতমগী অনৌবা নুংশিৎনা
মাঙহনখ্রসনু শেঙ্গা থুমজাসু
অওনবা যুগকী ইরোম্নুংদা
হুরানবশিংনা ঙাকপা লৈঙাক
খাঙবদা বারে প্রজাশিং
মুৎখ্রসনু মতম পুম্বগী
অনৌবা মীরোন্না লাকপদা
ফত্তবা মল্লবা রাখল্লোনশিং
থাদোক্লসি ঐখোয় পুন্নমক
শেল্লসি অনৌবা সমাজ
হৌরক্লিবা নহারোলশিংগী
তুংলমচৎকীদমক
মান্নবা অচুম্বা খোঙথাংনা
ঙসিসু মায় পাক্লি
অশেংবা অচুম্বা ইংথবদা

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

ঈশ্বর লৈবনি কাউবীগনু
তৌশিন্নদবা অশেংবা নুংশিবা
ঈরৈবাক্কী ইজাতিগীদমক লেপ্লিবশিংদা
খুৎশিন্নরসি লৈঙাক চুপ্লি
অনৌবা মণিপুর অমগীদমক
চীংমী তম্মী খেন্নবা লৈতনা
শাগৎলসি অনৌবা ৱাখল্লোন
ইমা অমত্তগী মচানি
কাউনরগুমসি মতম পুম্বা। ✍

# ইমাগী তেংথাখোল

ঙাক্লুরো নরৈবাক নরমদম
খুৎশু থাঙলেন পায়খৎলো
কায়রৈ য়েনখোং তোইরক্লে
তাউবা হুইখোংসু ফত্তরে
খুন্তাক লানশি খুদমনি।

তাদব্রনে ফত্ত খুদমসে,
খোমলেন তুমখুন য়াকাইরো
নরৈবাক নরমদম, য়েক্ল মিৎয়েং চঙখ্রে
মোংবা নরানয়াইসু, য়েক্ল লাঙ্গোই চনখ্রে।

খোমলেন তুমখুন তাল্লিগে
খাম্বী মৈবু ঝাইনবা
নয়ুম মোংবা নরানয়াই
ফুঙ্গা লাইরু থিররে
য়াকাইরোনে খুন্তাক লানশিদ্রিগে।

মীরম মচা ফত্তবদো
খঙখ্রে নতিক নয়াই
শাফি লানফি শেমখ্রে

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

মীৎকুপ নাহুম খঙনা
হইয়েন লাম্লোং শিনখ্রে।

নরৈবাক নরমদম কল্লবা
থোরক্লো অথৌবা পাঙ্গলকশা
কল্লরো ইমা লৈবাকপু
থেংলবনি থিষ্টরনু মতম
ঙসি হয়েং থিরনু।

হংলরি পলেমনদি তত্তনা
কদায় প্যারি পাঙ্গলবশিং
ইমোম ৱাশক চেৎপীশিং
কদোম চৎখ্রে লোইনমক
যুমদাংবনা কৈনাদ্রিঙৈ থোরক্লো।

তেংথা নাওইনা কপ্পরি
লাক্লোগবা ইপারি ইমোমশা
ইপাম খামবী মৈৱাইরে
মৈকল্লরো, মৈকল্লরোনে নখোয়বো
খাঙ্ঙমদ্রে ইমাদি মৈচাকসে।

# ঙকইকো ধর্ম্ম নঙসে

হে ধর্ম্ম! ঙকইকো নঙসে!
নঙগী খোঞ্জেলদি খোয়থুম্নে
নুংশিবনি, অচুম্বনি, অশেংবনি
অদুবু থম্মোয়নুংদদি
হৃগী হ ঙাক্তা ওইরম্লে।

তম্মীনা চহী ২৫০ হেন্না তুম্লুরে
শান্তিদাস গোসাইনা পীজখিবা হুনা
অদুবু ঙসিদি হৃগী ময়াই চমত্রমাম্লে
মিকপ থোরক্লে মথং মথং
উরক্লে সংসারগী মঙাল।

অদুবু চীংমীশিংদি হৌজিক
কন্না অমুক তুম্লি, মিকপ থোক্লি
চহী ১০০ হেল্লক্লে, তুমখিগদৌরি
হৌদোকপিনবা কনা কনা লৈ
মতম হেনগ্রবদি নীংঙমহৌররোই।

পারি পুরিগী লিক্কম তাকপিদুনা
মৈহৌরোলগী ইতিহাস ফাক্তোক্তুনা
ঈগী মরী ইচিন ইনাওনি
য়েক শলাই তরেৎকী চাদা নাওদানি
খণ্ডহন্নবগী মতম ওইরে তম্মীনা।

অসুম অসুম লাপথোক্লখিবনা
ঙসিদি য়েক্লবগুম খন্নরেদো,
ঙসিসু মতম লৈরি পুনশিন্নবগী
লাউমিন্নরসি চীংমী তম্মী অমত্তা ওইনা
"ইমা লৈবাক্না য়াইফরে"। ✍

## মৈ হৌরিবা ইরমদম

চিরবা তাঙ্গানি
চীংমী-তম্মীগী
শেন্নহৌদবা মীকুপ্তা
থৌশাহৌদবা তান্নক্তা
নিংঙাইহৌদবা মতমদা
করিগুম্বা শোয়খ্রবদি
তাইশিন্নবা ওন্নরোইদবা
পুম্মম মন্নগদবা
তাঙ্গোয় ওন্দুনা
পুমতোয় তোইরগদবা
তুংলমচৎকীদমক খল্লুবদা
তুমদনা মঙ মঙলে।
নীংশিংলকই অদুঙৈগী
মায়চৌ পুরেলশিং
লাইওইখ্রবা ইপুশিং
অমুক্তং হল্লকখো
মৈকল্লমখো লাকওগবা
ইরৈবাক ইরমদমসিদা।

# মান্নদবা পরেং

অমনা অমবু ইকাই খুন্নদবা
অমনা ঙাঙবা অমনা তানিংদবা
অমনা তৌবা থবক, অমনা পাঙনিংদবা
ঐনা হায়বা, মানা থাজদবা
মতমসিগী অনৌবা য়াওন্নরা?
চাওখৎলকপগী খুদমলা?
লাইরিক লাইশু হৈরকপগীরা?
নত্তে, পুন্নমক শোইরে
ৱাখল খরা খন্থনরসি
অসুক লুরবা ইরমদমগী চিরবা তাঞ্জা অসিদা
মান্নদবা ৱাখল্লোন পরেংশিং
করিগীনো ইরমদম অসিদবো?
কুমসিগী চহীদি চাক্লৌবা লেপ্পসি
কাঙবু অমনা হায়
মরী লৈনদে, ইনাৎনি, চাক্লৌনখি
চৈরাওবা হায়রা অনী থোকই
ইয়েক্তা হায়বা চয়েৎনৈ

## লনবোন কবুইগী

নীংতম লাম্মীনি হায
কাঙলুপ মশীং থীঙমদে
মৈতৈ মীতৈ মান্নদ্রি
নঙনা অনেম্বনি, ঐনা অৱাংবনি
অচাওরম কাদুনা মুক্রবিঙৈ
মান্নদবনা পরেং লেংলিঙৈ
চীংমীনা করি খনখি
"য়েংশিনহৌদ্রবা মিকুপ্তা
খম্থহৌদ্রবা তাঞ্জা অমদা
চীংলৈবাক্তি, মৈ হৌগ্রমাম্রে
নীংশিংলকই, চিংঙু মাইচৌনা
তাকপিরম্বা
"ইপাম খাম্বী মৈহৌরে
ইদু নিংথৌ লৈতব্রা?
খাম্বী মৈকম্রো"। ✍

# এম. এল. এ. মন্ত্রি নত্তবা

অদুগুৈ ইরমদম অসিদা
এম. এল. এ. মন্ত্রি লৈরমদে
পার্টি দলসু খণ্ডলমদে
দিল্লিদগী পৈশাসু নিবমদে
নীং তন্না পাল্লম্মী হায়নৈদো।

মীচঙ শঙ্গ খোল্লদুনা
পার্টি দল খায়দোক্নুনা
অমনা অমবু য়েংথীনবা
কাণ্ডলুপ মশেল হাৎতোক্নবা
অসিরা দেমোক্রেসিগী ফজবা।

মমা লৈবাকপু কন্নিংদ্রবা
ইরৈচা ইজাতিবু নুংশিদ্রবা
এম. এল. এ. মন্ত্রি মখোয়শিং
ইরমদমগী ঙমখৈ কাওদ্রবা
মখোয়খক্তং লৈহৌরসনু মণিপুরদা।

এম. এল. এ. মন্ত্রি নত্তবা
অচৌবা ওফিসারশিং য়াওদবা
ইরৈবাক ইজাতিবু কন্ননবা
কাণ্ডলুপ অমত্তং শেমগৎলসি
অনৌবা ইরমদম অমগীদমক।

## খোঙ্গুল লীরুসি

য়েহৌঙৈ ইপা ইপুনা চৎখিবা
মমি শামি তাদুনা লৈরিবা
মতমগী য়াওলগী নোংলৈ নুংশিৎনা
হুমদুনা মাঙহল্লগে খন্না হোৎনরবসু
মুৎপা ঙমদ্রবা খোঙ্গুলগী মমি
ঙসিসু লৈরি মফম খুদিংদা।

মমিং তোঙান-তোঙান থোঞ্জরবসু
ইরমদমসিদা হিংমিন্নরিবা ফুরুপ কয়া
হৌরকফম অমত্তনি, ইমাগী মচাশিংনি,
মশক থীবী চমোৎনবী ইমাবু
ইমা নত্তে হায়রসিরনে ঐখোয়বো
লান্না চৎনখিবনা লম্মাঙনবা নত্তব্রা?

চীংদা চাক্লিবা মৈরীবু মুথৎনবা
তমদা লৈরিবা তম্বুবোই ঐখোয়না
লাইজ ঈশিংগী পাংখক লৌদুনা
মুথৎলসি, ইংথহল্লসি নুংশি খোঞ্জেন্না,
য়েহৌঙৈ চহী লীশিং অনীগী মমাঙদা
চৎখিবা ইপা ইপুগী খোঙ্গুল লিরুরসি।

# য়ুদি থক্লগুমসি

নীংবা কায়রে, অৱাবৈ য়ু
নীংবা থুংলে, নুংঙাইবৈ য়ু
পাঞ্জন পোরে, মায়থীবৈ য়ু
পাঞ্জন থোইরে, হরাওবৈ য়ু
করিগী য়ুদা হেক্তা তাইনরিবা
করিবু কান্নরিবনো ইথন খম্নুনদনা?

হে.স্পিটালদা চঙঙুরগা অনাবতবু উই
শান্নবুংদা য়েংঙুরগনা শান্নরোইশিংতবু উই,
সিনেমা হোলদা চঙলুরগসু
সিনেমা য়েংবা মী ঙাক্তা উইদো,
য়ু য়োনফমদা চঙঙুরগনা
য়ু থকপা মী ঙাক্তা ওইনা উইদো।

চঙলগুমসি য়ু য়োনফমদা ঐখোয়
কোয়রুসি চৎসি শান্নবুংদা
অফ-ফত্ত, অমাঙ অতোং
অমুত্তং খম্নমিননসি লমহাংদা ফমদুনা

# লনবোন কবুইগী

নিশানা কবি কান্নরিবা ঐখোয়দা
হৌখিবা পুন্সি মতেক্কী থৌদোকশিংদো-

য়ু থকপনা হকচাং শোকহল্লি
য়ু থকপনা পৈশা মাঙহল্লি
য়ু থকপনা ইজ্জৎ লৈখা তাহল্লি
য়ু থকপনা মতম মাঙহল্লি
য়ু থকপনা ইমুং মনুং শান্তি লৈহন্দে,
য়ু থকপনা সমাজগী চাওখৎপা থিন্থহল্লি
"য়ুদি থক্রগুমসি নুংশিরবা মরুপশা" ✍

# পাউচে ফোঙদবা লমদম

পৃথিবীগী হায়বা য়াই
পাউচে ফোঙদবা লমদম্বু
মফম কদায়দা লৈরমগদগে
ইরমদম অসি নত্তবা।

চাওখৎপগী লমজেল তান্নরিবা
ঙসিগী কম্প্যুতরগী য়ুগসিদা
পাউচেনা লৌরিবা থৌদাং
অঙকপনি মীওইবগী সমাজদা।

নোংমগী পাউচে পাহৌদবদা
চাফম থকফম খঙদনা
বাখল লৌশিং থোক্তনা
অঙাওবগুম কোয়চৎ চৎলিবা
মীওই লাক্ষ লাক্ষনি
নরমদমসিদা লৈরিবা মীওইশিং।

থাখায় অমা পাউচে ফোঙদবদা
করম করম্বা সংম্বান্না
করি খোল্লাউবু লাউখিবগে
করি ঈহৌবু হৌখিবগেনে
পাউচেগী মীচঙবু লৈখিব্রনে
কাল্লসু ফু, কানদ্রসু ফু
নুঙ অনীগী মরক্তা হা।

# ভোট হেক পল্লকপদা

দেমোক্রেসিগী লৈঙাক শাসননি লৈবাকসি
মীয়ামগী অপাম্বা মীশক্তু খল্লগা
থাগৎপনি লৈঙাক চূপ্পী পায়ননবা
শিন্নবনি প্রজাগী শক্তি পূন্নমক।

যান্না ফজে, হায়রিখৈ চুম্মী
অরানবা য়াওদে, ফত্তবা লৈতে
অচুম্বা ঙাক্তনি, অশেংবা রাখল্লোননি
ভোট কাদ্রিঙৈ মীয়াম মীতিংদা।

চীন্না অমা, খূৎনা অমা
তোঙান-তোঙান, খাইবুং-খাইবুং
হংঙোইদৌনা চোংখি, কাকফৈ ওল্লকই
চূপ্পী মীয়ামগী ঈ পেন্না।

ভোট তৌরনি হেক পল্লকপদা
উরকই হংঙোই, কাকফৈ, তীনফাশিং

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

খোয়দৌ লংখৎলি, লৈতাফম খঙদে
কয়াম কুইনা ভোট তৌখিগনি?
চহী ৫০ ভোট তৌরক্লে
ঈশিং থুম্লি, মৈ মম্লি
খুৎশুমল পীনিংদ্রি থবক তৌরুবগী
পূৎথরি অবাকোমদা
নোংম-নোংমগী।

ঐদি ভোট থাদদবা কুইরেদা
ইশাগী হক মৎপনি হায়গদ্রা
ঐবু জেলদা থম্বিগে হায়ব্রা
ঐদি নীং-তম্না হেক লৈনীংলেদা। ✍

# চীং কাসি মরুপশা

তান্না উবিবা চীংজাওশিংসে
ইমা লৈবাক্লিনে ঐখোযগী
অমুক্তংদি কাকসিদনা চীংদোন্দা
শংবান্নবা মচুনা লৈতেংই
যেংবদা ইংনা চিক্লদি উইদা
কবিবু লৈবমগদগে যেংলুসিদনা।

লৈহৌবনি চীংদোন্দুদা নচিন ননাওশিং
করি চাবি, কবি শেৎলি
নখোয়দি উবমলোইদো মরুপশা
হংলুসি চীংলৈবাক্কী অবা নুংঙাই
করম্না লেপ্লি, ইবুং ইচনশিং
নখোয়বু কাওবদ্রনে মখোয়শিংদুবো।

তবা চাকঙন চাদুনা
চীংদোন্দগী অবৈবা পোৎপু পুদুনা
ইমা কৈথেল কাবম্নগা
তন্না হনখিবনি ইমাশিংদো
তবাম তবাম কৌবীদুনা

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

ঈশিংদসু পেন্না পিথকপীখিব্রনে-!
চমোৎনরবা চরৈ ফিজোলবু
যেংবদা হঙ্গোইরবা ফিভমদা
কনানবু নুংশিনা তৌবীগ্রবগে-?
মখোয়গী পোৎফমসু লৈজদে
কোইতান তানবী "হাওনুবী"
খল্লুবদা নিংঙমদে থম্মোইদা।

কান্নরোই, চীং কাসি মরুপশা
চীংদোন্দা লেপ্পুনা ঐখোয় পুন্না লাউরসি
তাননবা ইমা লৈবাক শীন-থুংনা
চীংমী তম্মী ইমা মত্তগী মচানি
নুংশি চান্ননা, হিংমিন্নসি ঐখোয়
শেন্নসি অনৌবা শান্তিগী লৈবাক অমা।

অরাম খৌরাংববু পিজ পিথকপা
অচৌবা দান্নি মালেমদা
শোখহৌরবা ইরমদমগী
মীমান্নদ্রবা ইফুরুপচাশিংবু
চিংখৎপীসি নুংশি মীৎয়েংনা
লমজিংবীসি মঙালগী লম্বীদা।

# অশেংবা থম্মোয়গী খুদোল

অনৌবা চহীনা লাকপসিদা
খুদোল অমত্তংদি তমজনিংই
করিগুম্বা খরদং ইমাগীদমক
অশেংবা থম্মোইনা যোনবা
অশেংবা পোৎলম খব—।

ইমা! নঙগী কৈথেন্দা
পোৎ খুদিংমক শেংলমদ্রে
শেংদবনা অশেংবা ওইবল্লে,
লৈবমদ্রে অশেংবা থম্মোইসু
অমোৎপনা পিক থল্লল্লে—।

তমজনীংবনি য়াইফ-পাউজেলসু
অনৌবা চহীনা লাকপদা
ইমা নঙগী নফমদা,
লৈজদ্রেদো নচাগীদি অপাম্বা
মীশি-মীনানা থল্লবা লমদমসিদা—।

অচান-মীরাইগী ৱাখল
হম্থনা য়েংনবা মীৎয়েং

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

ইকাই খুন্নদবা থৌওং
অমাং-অশেং, ইহোক্লবা
ঙসিসু কোক্লিনে ইমা—।
ঐখোয় নুংঙাই-য়াইফরি
অমনা অমবু তেংবাঙনদুনা
নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নরি
করম্নবু তম্নসিরনে নচানা
ওইদবসু হাযজনিংদে ইমাদা—।

ইমা! নঙগী নচাশিংবু
অমুক্তংদি কোনশিনবিয়ু নশাইগোন্দা
চীংমী-তম্মী অনীমক
অমনা অমবু, ইকাই খুম্ননা
নুংশি চান্ননা হিংমিন্ননবা—।

অপুনবা চীংমী-তম্মীগী
অশেংবা থম্মোইগী খুদোল
কৎচবা ঙম্ননবা নচাশিংদা
পীনবিরো নুংশি হৈরবা
ইমাগী নুংশি থৌজালদো।

# নোংমদি শোইদে, পোকখায়বা

ইলেকত্রিক্কী মৈনা লাক্তুবসু
মন্না লৈবদি য়াদেদো
টোটিগী ঈশিংনা তারক্তুবসু
ঈশিংদি থক্তুবা য়াদেদো।

চেঙগী মমলনা হাইগৎখ্রবসু
চাদনা হিংবদি য়াদেদো
পোৎ-চৈগী মমলনা হেনগৎলবসু
মীওইবদি শিজিন্নদবদি য়াদেদো।

তমথীখ্রবা এক্টসিংনা নেৎখাইরবসু
খা-চিক্তুনা খাঙলি ঐখোয়
মশীং খঙদবা মীহাত্তা
খরবুদি হিংলি ইরমদমসিদা।

সরকারগী মীনাই ওইদুনা
থা-থাগী খূৎশুমল খরসু
অমুক পী, অমুক পীদা
শান্নবিরী চাকখাও মরীদা।

কয়াম কুইনা ওৎখিনি
কয়াম কুইনা খাঙখোগে
খাঙবগী পাঙ্গল লৈরক্তুবদা
নোংমদি শোইদবনি পোকখায়বা। ✍

# খোঙথাং হন্দোক্লসি

বারৌরিবা তম্মীবু চীংমীনা
কয়াম কুইনা বারৌথিনি,
হায়জবা য়াবা হায়জখ্রে।

ইয়াম্বনি চীংদা লৈবনি
বাখল থেন্নম্বসু য়াই
খন্ন খন্না ঙমজখিদবনি
ঙসি ফাওবা বারৌবসু।

পুয়া কয়া ফাক্তোক্লুনা
য়েলহৌঙৈ মৈহৌরোলগী বারীসু
মশীং খঙদ্রে লীজখিবা
মাংই শেংই ইথোকখিবা
ধর্ম্মগী লান মখোয়গী।

হৌজিক্তি, চাকচা য়ুথক
মান্নরে, অমত্তা ওইরেদনা।

থাঙজিন্নখিবা খোঙথাং হন্দোক্লদুনা
পুনশিন্নরসি ঐখোয় পুন্নমক
লাউমিন্নরসি চীংমী তম্মী
"ঐখোয় অমত্তনি" হায়না।

# শান্তিগী পাম্বী

হে কবি! করিগী উংদুনা লৈরি
চাক্লিবা মৈরিসে উদ্রবরা ?
নয়ুম মোংবা নরানয়াইসু
মৈবাইরক্লগনি নোংমদি শোইদনা,
পায়খৎলো নঙগী কলম
চাক্লিবা মৈরিসে মুখৎনবা,
নঙগী কলমগী মুক্তুনা
লাইজ ঈশিং ওইহল্লো।

হে শৈশকপা! করি ঈশৈ ঙংলি ?
নঙনা লেপ্লিবা স্টেজগী লৈমায়দা
লৈক্রক্কী ময়ি চৎলক্রসু
নিঙাইদনা ঈশৈ শক্লিবা
হে শৈশকপা, নঙবু খঙদ্রিবরা ?
নঙগী খোইথুম্নবা নুংশিবা শুরনা
অমুক্তংদি মেনশিল্লুদনা
লৈক্রক চৎলিবা ময়িসে।

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

হে শেঙ্গাও পায়বা মহাজন!
নঙদি নিংঙাইদনা তুন্নি
অবাংবা অপম্পিয়র দোলান মথক্তা ;
তোংলি নুংঙাইনা ম্রারুতি জেন, জিপসি।

নঙগী শেন্দান লম্বীনা কক্লক্লবা
য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চম্রে খঙদ্রবা
লুপা বন্দলদা মোনখাঙনরিবা
নয়ুম মোংবা নরানয়াইদো
মৈরি থোক্লা চাক্লক্লবদা
করি ওইহৌনি তাইবঙমী
নঙগী পুন্সি, লন-থুম?
পুথোরক্রো নঙগী লৈজবা পুম্বা
থারসি "শান্তিগী পাম্বী"
ঈংনা চিক্লা পান্নবা
ইমা লৈবাক ইরমদমসিদা। ✍

# ঐসু হাও মচানি

মশক ফজবা উরগা
মৈতৈ মাল্লি মহায়বা
মশক থীবা উরগা
হাও মাল্লি মহায়বা
পোৎচাও অমা উরগসু
হাওপোৎমুক চাওই মহায়।

চাবা য়াবা নাওশেকপুনা
মৈতৈ নাওশেক মহায়বা
চাবা য়াদবা নাওশেকপুনা
হাও নাওশেক মহায়বিবা
চীংদগী পুরকপা মনাবুসু
মৈতৈ মনানি হায়খিবা।

চীংমীনা লোইবা চীংয়েনবুসু
মৈতৈ য়েন হায়খ্রবা
হাওনা য়োকপা ওকপুসু
মৈতৈ ওক ওনখ্রবা
হাওখুন্দা ওকশা ফংদ্রে
বজারদা ওকশা ফংখ্রে।

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

ফত্তবদা ফত্ত-হাওথি
থিদ থীরবদা হাও
ফদ ফজরবদা মৈতৈ
ফজবা মখৈ মৈতৈগী
অথিবা মখৈনা হাওগী
ওহ্নোকপনি ঐখোয় মৈতৈসি।

নোংথক্তা শিংকৎপা তিন
মায়দা তারকই হায়বগুম
কনাদা তাই, লাদা মতাই
ক্লব, লৈকাই, ওর্গনাইজেসনগী
ফন্দ লৈত্রে কৈদৌসিগে?
কান্নদে, হাওসি শান্নরসি।

নিংথম থাগী ইংবদা
করি ফি ইন্নসিগে?
হাওফি হেক্তা পুথোরকই
হাওবদগী হাওরবা মথেল
হাওখুন্দা লৈদো পুন্নমক
কনাদা তাই, হাওদা তাই।

থবাই নুংঙাইতে হাওখুন্দা
থবাই নুংঙাইরে হাওখুন্দা
অবা নুংঙাই হাওখুন্দা
ইমুংগী বারীসু হাওখুন্দা

## লনবোন কবুইগী

লৈবাক্কী ৱাবীসু হাওখুন্দা
কম্মগীসু নোকপগীসু হাওখুন্দা।

সিজ ফায়ার লাক্রে
লৈবাক কায়বা তারে
হাওগী ৱারীনা নীল্লক্রে
তক্লু তক্লুগদি তুমশিল্লগনি
শাইর শাইরগনা ওইনম্বনি
নৈর নৈরগা থোরকপনি।

লুপ্লুরবা পুয়া কয়া
শাফোঙলকই মতমগী ঈরোম্নুংদগী
তম্পাক্তা, ঈশিং থুম্লম্মী
চীংদা লৈরকপনি ঐখোয়সু
মতমগী য়াওন তুংইন্না
চীংদগী তম্পাক্তা, তারকখিবনি।

অপিকপা ৱাখল থাদোক্রসি
হম্ববা মীৎয়েং য়েংলগুমসি
অমনা অমবু ইকাই খুম্নরসি
ঐখোয়সু চীংমীনি হাওনি
নঙসু, মাসু য়ানরসি
ঐসু হাও মচানি
ঐখোয় নখোয অমত্তনি।

# তামখ্রবী ইচলদো

লমদম তান্না লৈখ্রবী
ঐগী নুংশিরবী ইচলদো
নীংশিংলকই থম্মোয়দা তত্তনা
নিংঙোল চাক্কৌবনা লাক্লবদা।

শেৎপা চাবা নিং থুংখিদবনি
মবুং ঐগীদমক খনবদা
লাইবক থিবী মপোক্কি
লাযব কোন্দা পোকখিবনা।

অদুবু ঙসিদি লাক্লেদো
নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎ
ইচলদি লৈখ্রেদো তান্না
ইমা লৈপাক্কী ৱাংমদা।

নীংশিংলকইদো নিঙোল চাক্কৌবদা
ঐগী নুংশিরবী ইচলদো
উখিদবসু কুমজা মশীং য়ামখ্রেদা।

নবুংদি ঙসিসু লায়ররি
মশক নাইবা করিগুম্বা অমত্তসু
খুদোল তমজখিদ্রি ইচলগীদমক
বারৌনুকো লায়রবা নবুংবু।

ইমা লৈপাক ইরমদমসিদা
লৈরম্লবদি করিগুম্বা ইচলনা
কৌরমগদবনি নিঙোল চাক্কৌবদা
অবৈ-লৈত, অহাও-হাওত থিদনা
ইখ্নোলগী মনা মশীংদনসু।

# শান্তিগী লমদম

মীওং মীনৈনা খাঙবা ঙমদ্রে
মীফা মীপুন্না মশীং খঙদ্রে,
মীহাৎ মীশিনা মায়গে মরিদা
মীকপ মীরাউখোন্না নিন্নরে ঙসিদি ;
ইং-তম্না পান্নম্বা ইমা লৈবাকসে
অমুক্তংদি ওইহলসি অদুঙৈগী ইরৈপাক
শান্তিগী লমদম।

কদোমদনো চৎলিবা ইয়াম্বা নঙনা
অমুক্তংদি হন্নকখো, ইমানা ঙাইরি ;
ইচিন ইনাও ইমাগী তম্পাক্তগী
চাওজরকপা নৎত্রা? কদোমদনো চৎলিবা ?
অমুক্তং লাকখো, ননাওবু বারৌগনু ;
ইমাগী সেবা তৌমিন্নখিসি লাক-ও
মতম চুপ্পগী ইমাবু পোখাহনসি।

ঐখোয় পুন্নসি চীংমী তম্মী
ইমা অমত্তগী মচানি ঐখোয়
ইমাগী তম্পাক্তগী চাওরকখিবা ঙাক্তনি
পুন্না, জাৎ-বিজাৎ খায়দনা
চঙশিন্নসি খোঙথাং অমত্তদা
তৌরসি ইমাগী সেবা লেপ্তনা
অমুক্তংদি ওইহনসি ইমা লৈবাক
শান্তিগী লমদম।

# নুংশিবা মাতনা

মফম হোং-হোংদুনা
লেপ্তুনা ৱারী শারি
মরুপ নঙদি তুম্লবরা ?
তুমথখিনু ৱারী লোইদ্রি
ৱারী তাখিসি মরুপ।

চীংবুরোই তম্বুরোই অনীমক
ইমা অমত্তুগী মচানি
কাওনখ্রবসু মতমগী য়াওন্না
নীংশিংহন্নবগী মতম ওইরক্লে,
করিগী লেপ্লি তুমিন্না।

চীনবাহোংদদি ইচিল ইনাওনি
তৌথোরকপনা নুংশিবা য়াওদ্রবা
ঐসু নঙসু ৱাবৌগনি ,
ৱারৌরিবা, পেন্দ্রিবা থম্মোইশিংদো
কোকহল্লসি "নুংশিবা" ৱাহৈতনা।

লৌথুপ লৌকোই লৈতনা
অশেংবা থম্মোইগী খোঞ্জেম্না
শারো ঝারী নুংশিবগী
লীরো ঝারী মৈহৌরোলগী
ফাক্তোক্লো কাওরুরবা পুঝারীশিং।

নীংশিংলকপদা মীকপ থোরক্লগনি
তিন্নরম্লবদা ঈগী মরী
কপ্লগনি পিরাং শিছুনা
কোনশিল্লগনি চেৎনা নুংশিনা
তিল্লরগনি নুংশি ঈপাক্তা। ✍

# ঈগী মচুদি খেন্নদে

ধর্ম্মগী অখুবা মিৎয়েং থাদোক্লসি
ঐখোয় অমত্তনি ইমাগী মচাশিংনি,
হিন্দু, মুসলিম, শিখ, ইষাই ;
শাৎমিন্নবনি, লৈখোক অমত্তগী লৈরাংনি।

অমনা অমবু হঙ্গনা য়েংনেরগুমসি
পাঙনরসি অমনা অমগী অৱাবদা ;
ৱারবসু ৱামিন্নসি ঐখোয় পুন্নমক
নুংঙাইরসু নুংঙাইমিন্নসি নুংশি চান্ননা।

শাগৎলসি মালেমসি শান্তিগী লমদম
ওইহল্লসি মতম চুপ্পগী স্বর্গগুম ;
জাত্তি বিজাত্তি অমত্তা থিদনা
অমুবা, অঙৌবা, অঙাঙবা খায়দনা।

কাওথোক্লরসি হৌখিবা অরিবা মল্লবা
থাদোক্লসি অমকপা ফত্তবা ৱাখনশিং ;
শেমগৎলসি অনৌবা চাউখৎপা সমাজ
পুল্লসি ঐখোয় অমত্তা ওইনা।

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

খেন্নবা নত্তে ঈগী মচু
থবাই অমত্তনি মীওইবা ঐখোয়গী ;
হিংবগীদমক হোনমিন্নরি শ্বর ফুইনা
হিংমিন্নরসি ঐখোয়, মপুগী লৈকোলসিদা।

করিগী তোখায় তোখায় তানীংলিবনো
ঐখোয় মীওইবদি অপুনবা পাম্বনি
মান্নদবনি অতোপ্পা জিব অতৈগা
অথোইবা খুদোল্লি ঈশ্বরগী, মীওইবদি।

করিগী পায়খৎনরি ন্যুক্লিয়র খুৎলাই
মীওইবা জাত্তিবু তুম্না মাঙহন্নবা
লেপ্লসি খুৎলাই লমজেন তান্নবা
লোইখ্রে মতম অকনবনা অচুম্বগী।

অমনা অমগী অবা-নুঙাই হংনদুনা
থারসি মালেমদা নুংশিবৈ পাম্বী
শংহল্লসি মালেমপুম্বা অশংবা মচুনা
নীংশিংলসি সৈত্যাম, শিবম, সুন্দরম।

# খোম্লাং লমন

হে অথৌবা অথৌবীশিং।
নখোয়দি চৎখ্রেদো পুম্নমক,
লানঙম ফিরাল থেৎলমদাই
লানঙম ঈশৈ শক্রমদাইসিদা।

নখোয়গী ঈখেং লমনদি
শিংবা ঙম্লবোইদো ঐখোয়না,
করি খুদোলবু তম্লসিগে
তরামঙা আগম্ষ্টনা লাকপসিদা।

ইমাগীদমক কখোক্রবা নখোয়দি
খোম্লাং লমনবু শিংলবনি;
ঐখোয়দি করিনা শিংলগনি
ইমাগী খোম্লাং লমন?
মীনাইগী য়োৎহ্লিং থদৎতুনা
ইমাবু নীং-খা তমহল্লম্লগা,
নখোয়দি চৎখ্রেদো নিংঙাইদনা
থাদোক্রম্লগা ঐখোয় পুম্ববু।

ঈগী মচুদি খেম্নদে

চৎশ্রবসু নপারি নমোমশিং
চাম্মনা খূজিং ওইদুনা,
লৈহৌরি ঐখোয়সু ইমাগীদমক
লীশিংনা খূজিং ওইরগা।
হো ইমা নুংশিথোইরবী 'ভারত' !

মোমোন নোক্লো ঙসিদি
কপকদবা নৎত্রে নোক্লগদবনি
তাহল্লসি মালেম শিন-থুংনা
ইমাগী হরাও-নুংঙাই খোঞ্জেন্দো।
হে ইমাগী অথৌবা অথৌবীশিং !
নখোয়গী থৌনা লিংজেন্দো
হৌরক্লিবা নহারোল ঐখোয়দা
পীনবিয়ুকো মতম পুম্বদা।

হো ইমা! নঙগী নতম্বাক্তা
হিংজগেকো মপোক খুদিং
পীনবিয়ুকো মতম পুম্বদা
নঙগী নুংশি থৌজান্দো।

# ইমা নঙগীদমক

আগষ্ট ১৩ না লাকপদা
নীংশিংলকই লাইওইখ্রবা অথৌবশিং
টিকেন্দ্রজিৎ, থঙ্গাল, পাউনা
কখোকখিবনি ইমা নঙগীদমক
মমল যাম্লবা থরাযশিং
নোক্লা নোক্লা ফাঁসি শগাইথক্তা।

বৃটিশকী মশীং থীঙমদ্রবা
লান্মীগী অকনবা লানফমদা
নীংহন্নবা লৈতনা মাযোক্লখিবা
থৌনা লীংজেল ফূদোক্তুনা
অকি অখঙ লৈতনা
থেংনখিবা লানফম্নি ইমাগীদমক।

হে অথৌবশিং। ইপা ইপু শক্রবশিং।
নখোযগী থৌনা লীংজেনবু নীংশিংদুনা
লীবক্লি নখোযগী খোঙ্গুল লিক্রম্বু
নচা নশু লীশিং লীশিংনা
চোকথবা লৈতনা, আশা অমগা লোয়ননা
থিংবা ঙম্লবোইদবা শাফুগা ইবোযননা।

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

মতমগী নোংলৈ নুংশিৎকী কল্লবা শাফু
বোম, তোপ, নোংমৈ, ন্যুক্লিয়ারগী
মশীং খণ্ডদবা খুৎলাইনা লান্দারক্লবসু
নোক্লা-নোক্লা মায়রোঙ য়ারগদবা
হনবা লৈররোইদবা খোঙথাং
থাংজিল্লক্লবনি পম্বুংফম য়ৌননবা।

নীঙ-তম্না পাল্লম্বা ইরৈবাক
কনা অমত্তগী মীখা পোন্দনা
হিংলম্বনি নীং-তম্না মালেমদা
ঙসিসু নীংশিংলি, আগাষ্ট ১৩ না লাকপদা
হে অথৌবশিং! লৈচিল পোমাই হাংদোক্লুনা
য়েংবিরকউকো নচা-নশুশিংবু, লমজিংবিয়ুকো।

হো ইমা! নঙগীদমক লেপ্লি চীংজাওগুম
মশীং থীঙমদ্রবা নচাশিংনা
শোইদনা থেংনরগদবা লানফম অমগীদমক
শেম-শারি লেপ্পা লৈতনা
থাংজিল্লক্লি মান্নবা খোঙথাংদা
পম্বুং অমগী ইমা নঙগীদমক। ✍

# ইমা লৈবাক

ফুরুপ কাঙলুপ কয়াগী
অপুনবা ঐখোয়গী ইরমদম্নি,
লৈখল শুনা শাৎলিবা
নীংথীরবী ইমাগী লৈকোম্নি
পিক্লা মগুণ লৈবীনি
মালেম ঙাম্না শাৎপীনি।

অদুবু অঙকপনি ইমা!
নঙগী নীংথীরবী লৈকোনসে
মুৎখিবা য়ানা লৈরেদো
কাঙলুপ কাঙলুপ শেমদুনা
জাৎ-বিজাৎকী বাখলদা
তোঙান তোঙান তানখ্রেদো।

লৈবাক কায়বা তারেদো
ঐগীনি, ঐগীনি মুম্নবক্রে
মচেৎ মচেৎ তাবক্রে
ইপা ইপু শকখঙদ্রে
ইচিল ইনাও খৎনবে
খাম্বিনবা কনা লৈত্রেদো।

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

লাইবক চাউবী ইমা!
মাঙখ্রগদ্রা নঙগী লৈকোনসে
খাঙুথক্তা কেনখ্রগদ্রা লৈরাংশিংসে
কনবিনবা কনা য়াওদনা
মুৎখ্রগদ্রা লৈরম্মী হায়বা
থন্নমদনা মমি ফাওবা।

থাদোক্রোনে অপিকপা বাখল
ঐতগীনি হায়বা নঙগী
য়েংলনুনে অখুবা মিৎয়েং
অচান-মীরাই নাইবা
জাৎ কুচু খাইবা
হন্দোক্রোনে অরাপ্পদা তাম্না।

ইমা, লীবিরো নচাশিংদা
অদুঙৈগী বারী য়েঙ্গৌঙৈগী
ইপা ইপুগী হৌরকফম;
ঈগী মরী অমত্তনি
ইমা অমত্তগী মচানি
হৌফম শাৎফম অমত্তনি।

চীংমী তম্মী ঐখোয়
অমত্তা ওইনা পুন্নসি
হম্বা মিৎয়েং য়েংনরগুমসি
বারৌ-পুকলৌ কোক্করসি
ইমা লৈবাক কনমিন্নরসি
নীংশিংলসি অপুনবনা পাঙ্গন্নি।

# নীংতম্বা

নীংতম্বা নঙনা মাঙখ্রবদা
মীখা পোল্লবা ঐনা
করম্বা খাঙবা ঙমগনি।

শিখিবনা হেন্না ফরবা
হিংলুবগী কান্নবা লৈত্রবা
ঐ অমা লৈবগী
পোকপগী মহৈ যান্দ্রবা
করি তৌবা তাই
নীং-তম্বা হিংননবা ইবমদম
লানহৌবা তাবব্রা ঐখোয়বো
শিবা চঙবা অনীগী
লাইবক্তা তম্লরবা অমা
মীখা পোনবগী শরুক।

ইপু-ইপাগী শিংঙমদ্রবা
অঙাংবা ঈখেংগী লমণ;

## ঈগী মচুদি খেমদে

থাবুম তরা নাওপুদুনা
ঈমাগী ঈরিকশিংনা শেমগৎখিবা
খোল্লাং লমন শিংঙমদ্রবা
পাপকী মচানি ঐদি।

পীবিয়ু ঐঙোন্দা নীং-তম্বা
কনাগী মরলসু পামজদে
কল্লক্তে অনৌবা পোৎসু
মুনবিখ্রবা ইপা-ইপুগী
নীংতম্বদুনি ঐনা পাল্লিবা। ✍

# চাকখাও রিভোলুসন

কনানো মরৈবাক নীংবা?
কনানো পোলিটিসিয়ান?
কনানো ঈশ্বর নীংবা?
কনানো মজাত্তিবু নুংশিবা?

চাকখাওনা হাংলবদা
কদাইদনো নঙনা তৌগদবা
কয়াম কুইনা নুংশিকনি
কয়াম কুইনা লাউরুনি
লাউরকপদা চাকখাওনা
রিভোলুসন, বিভোলুসন-।

অয়েন চেঙ চানিংদে
ভিজিটেরিয়ান পামদে
অহাওবা চেঙ পীয়ু
ঙা পীয়ু, শা পীয়ু
লাউরকপদা চাকখাওনা
রিভোলুসন, রিভোলুসন-।

হায়ফম তৌফম খঙদনা
পুক পায়দুনা খাঙলে
রাসু ঙাঙদ পোলিটিসিয়ান;
উংদুনা ফমথক্রে মরৈবাক নীংবসু

লাউরকপদা অহাংবা চাকখাওনা
রিভোলুসন, রিভোলুসন।

লাইনীং চেৎপা ধর্ম্মরাজ
মীনমশ্রে চেঙ কেঃ জিঃ অমখক্কী
মজাতিবু নুংশিবা ওজাদুসু
কাম্নগা চৎশ্রে হন্না য়েংলমদনা
লাউরকপদা অহাংবা চাকখাওনা
রিভোলুসন, রিভোলুসন-।

মাইক্রোফোন পায়দুনা লাউরিবা
ভোটকী ভিক্ষা নীরিবা মরুপসু
কয়াদা কনপ্লবা ইথিম্নো
চোকথরমাম্লে অসুম অসুম তপ্‌থশ্রে
লাউরকপদা অহাংবা চাকখাওনা
রিভোলুসন, রিভোলুসন-।

চাননবা হিংবা নত্তে
হিংননবা চাগদবনি
মফম খুদিং চৎলি স্পিকর
চোকথরমাম্লে ময়ুম চঙশ্রে
লাউরকপদা অহাংবা চাকখাওনা
রিভোলুসন, রিভোলুসন-।

বেমর্ষ্টন ফেসন্দা ঙাওজবা
মতমগী শাবী শানৌশিংসু
হাই-হন্না চৎলম্লগা সোরোক্তা
শ্বাই মাঙখি খঙহৌদে
তাম্নরকপদা অহাংবা চাকখাওনা
রিভোলুসন, রিভোলুসন-।

# অশাওবা নঙ

মিকুপ অমগী পুন্সিদা
নঙনা অদুক শাওগল্লিবা!
অশাওবসিবু কদাইদগী লাকপনো?
কল্লক মিহৌবদগী থোরকপ্রা?
ইকাইবা নংবদগী লাকইব্রা?
অচাওরম কানীংবদগী ওইরকপ্রা?
অশাওবা নঙ চৎখ্রো
যাম্না তাম্না লাপ্না।

নঙনা অসুম্না শাওরবদি
নীংঙমদবনা পিক থল্লগনি,
তেল্লবা নঙগী পুন্সিদো
চাউখৎপসু লৈররোই ঝাখলসু;
লন-থুম, সনা-লুপা;
মবী-মতা, মরুপ-মপাং
চেনখ্রগনি ননাক্তগী পুন্নমক।

হৌনদুনা চৎখ্রবদা মখোয়
লৈহৌগনি নথন্তা নীংঙমদনা
অশাওবা নঙ তপথরো
ইং-তপ্পনা মাই পাকপনি
পুন্সি মহাও লৈবনি।

# পুন্সিগী লানফম

অসুন্না মাঙখ্রগদ্রা পুন্সিসে
পল্লেপফম খঙদনা সংসারসিদা,
অবাবনা থল্লে থম্মোইসে
হৌখিবা বারী নীংশিং নীংশিংনা
লেপ্লি ইদোম তরক
মতমগী ঈচেলসিগী তোর্ব্বান্দা।

পুন্সিগী অহানবা ফমবাক্তা—
অবাবগী শক্তম লাংবনা
পকচরবোইদো শেম্বীবা মপুগীদি;
কঙাওনরে ঐদি অসুন্না
কদাইদবু থিরুসিগে পোখাফম
ঐবু মফম কৈদ চৎলগা।

হিংননবগী লানফমদা মাইথিরবা,
মীমান্নদ্রবা ঐগী পুন্সিসে
হিংলুবগী কান্নববু লৈরিবরা ;
অদুবু অমুক্কসু খল্লকই
হিংদবা য়াদে অনৌবা মীরোলগীদমক
লীখিনি বারী, শকখিনি ঈশৈ কয়া।

## লনবোন কবুইগী

নীংবা থুংদ্রবা, নীংঙমহৌদ্রবা
লাইবক্তা তম্লরবা খুদিংমক
খাঙজরগে নোক্লা নোক্লা
নীংবা কাইবা মৈরীনা চাক্লক্লবসু
মতমগী নোংলৈনা হুন্লবসু
লেঙলরোই ঐদি খোঙফমসিদগী।

নীংবা কাইবগী মৈরীনা মৈবাইরে
খাঙ্‌ঙমদ্রে থম্মোই মৈচাকসে
পীরো, কদায় থ্লাসতো—
থকচরগে থম্মোইসে পেন্নবা ;
খজিক্তা থকলুই, মহেল্লি অবাবা
থকচিল্লগে পুন্নমক কাওথোক্লবা।

চাখি থকখি অখাকপা লৈতনা
হুগা পাল্লক ওইরবা নিশাশিং
পুঙম থাংঙমদ্রবা থম্মোই মৈচাকসে কোক্লবা ;
ইতৌ অসি উরগা নোক্লিংবনা নোকচসনু
ঐগী খোঙথাংসি য়েংলগা অঙাওবনি হায়জসনু
মীনোক চাওরবা তাইবঙসিনা।

পুন্সিগী অনীশুবা ফম্বাক্তনা—
অথোই অহেন তান্নরিবা পুন্সিগী শান্নবুংসিদা
মাইথিরবা শান্নরোইনি ঐদি
মতমগী লমজিং লমতাকপগী
যাথং হিক্তোকপা য়াদবনা
পামদ-পামদ অঙাওবগী শক্তমসু লাংজখি।

মতম কয়া হৌখ্রবগী তুংদা
মিকপ খংথোক থোরকই
খল্লকই– "ঐ ঙাওবা য়াদ্রি"
নীংশিংলকই– "ঐ শিবা য়াদ্রি"
পুন্সিগী ৱাহন্থোক খঙদনা
য়াদ্রি থুপচিনবা পুন্সিগী ফম্বাকসে।

নীংশিংলকই মথং মথং অমুক্কসু -
নীংবা কাইরবা, নীংবা থুংদবা
মীমান্নদ্রবা, উপাই লৈত্রবা মীওইশিং
ইথস্তা শিজরগে থৌরাংলিবা
কান্নদবা ৱাখল্লি, অরেম্বনি
পাঙদবগী মতৌনি 'অয়ম্বনি'।

পুন্সিগী অহমশুবা ফম্বাক্তদি –
শান্নখিগনি মশান্না কয়া মখল মথেল
থেংনখিগনি মায় পাক্লিফাও
পুন্সিগী লানহৌবা অমা ওইনা
লেপ্তুনা পুন্সিগী লানফমসিদা;
তম্বিগনি পারা অমা,
নীংবা কাইরবাশিংদা ✍

# কাউঙমদ্রবা মায়থোঙদো

কাওরগে খল্লকপা মিকুপ অমদা
নীংশিংবনা চাম্মা চাম্মা হেল্লকই
নীংশিংদুনতা লৈরে ঐগী থম্মোইনা
করম হায়না কাউরসিগে
তাকপিয়ু মীনুংশি খঙবা নঙগী থম্মোইনা?

পোত্থাফম খঙহন্দ্রে থম্মোইসে
তুম্বা চাবা খঙলক্ত্রে
ইশানা ইশাবু কাউখ্রে
চারে চানা লৈতাদ্রে
থক্লবসু কোক্ত্রে খৌরাংবসু।

লৈরাংদগীসু হেন্না থোৎপা নঙগী থম্মোই
উন্দগীসু হেন্না ঈংবা নঙগী মায়থোঙ
নীংথিরবী থাজগী মায়থোঙবু ঙমজবী
নুংশিবনা থল্লবা মায়থোঙনি নহাক্কী
ফজবগী লাইরেম্বীনি নহাক্তি।

## ঈগী মচুদি খেমদে

নীংশিং নীংশিং হৌখ্রে মতমদি
ঙাইজরকপা নঙগী নুংশি থৌজাল
পীনবিরো পোখাফম ঈংনা চিক্লা
চাক্লিবা মৈরীসে থম্মোইগী
ঈংথহনবিরো নঙনা লাইজ ওইনা।

লিরি হুমলিবা হে নামিবা!
অমুক্তদি ঈংথহনবিয়ু ওমচাক্লরবা থম্মোইসে;
নোংদোলথক্তা পাইরিবা হে নোংঙিন-ও!
তম্বিয়ু নুংশি মাগী মকাদা
বারবা ঐগী থম্মোইগী পাউদমসে।

শাগৎচখি নঙ ঐগী
নীংথিরবা থম্মোইনুংগী "তাজমহল"
শেমগৎচখি লেঙলরোইদবা নঙ ঐতগী
বাখল মঙলানগী "প্রেম নগর"
কায়হনবিগনুকো মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা।

কৈদৌঙৈ ঈংথগনি থম্মোইসে
খাঙ্ঙমদ্রে নুংশি মৈশা
অসুম নীংশিংদুনতা লৈরে
থম্মোইনুংদা য়েকখিবা শক্তমদো
কাওঙমদ্রে ঐগী থম্মোইনা নঙতবু।

## লনবোন কবুইগী

য়েংলুরে লৈকোল কয়া চণ্ডদুনা
উরুরে ফজবা লৈরাং কয়াসু
অদুবু হেকচনিংদে ইখুৎসিনা
খোইদাজদে অমত্তসু পুক্লিংসিনা
নঙতনি ঐগী থম্মোইনা পামজবা।

অৱাৎপা লৈতবা তাইবঙসিদা
অৱাৎপনা থল্লবা পুন্সিসে
নঙনা শাৎলবদি ঐগী পুন্সি লৈকোনসিদা
অৱাৎপা লৈররোই ঐগী লৈকোল
মঙাল থোক্লা ঙাল্লরনি মল্লবা পুন্সিসু।

মতমগী নোংলৈনা লাক্তুনা
মচেৎ মচেৎ কেনখ্রবসু
ঐগী থম্মোইগী "প্রেম নাগর"
মাঙখ্ররোই, কাউখ্ররোই
মালেম্না মৈরী থোক্লা চাক্রক্লবসু।

# ঙাইখোনে

লাইরিক-ইসিরা?
ঙাইখোনে, পাবীনবা-মী লৈত্রি।

ফিল্মবু-পুথোকসিরো?
ঙাইখোনে, য়েংবীনবা-মী লৈত্রি।

খবর পুথোকসিরা?
ঙাইখোনে, পাবীনবা মী বাৎলিনে।

নত্তে দ্রমা, লীলা তৌরসিরো?
ঙাইখোনে, য়েংবীননবা মী লৈত্রি।

অদু ওইরদি, নুপী ৩/৪ লোনশিল্লসিদনা
ঙাইখোনে, চেঙ বান্নবা পৈশা লৈত্রি।

অদুদি, লান হৌরসিরা?
মদুসু ঙাইখো, শিবীনবা মীবু য়াওদ্রি।

লাইরিক-য়ান্না তন্নসিরো?
অদুসু ঙাইখোনে, ময়েকনা তাবা খণ্ডদ্রি। ✓

# নোংলৈ নুংশিং

কদাইদগী শিংলকপা নোংলৈ নুংশিংনো
কয়াদা শাফু কন্না হুন্নকখ্রবা
উমং বামং, ফুরা দলান কয়াসু
তুথখ্রে, কিনথখ্রে পুন্নমক
খাঙবা ঙমদ্রে অঙকপনি।

নোংচুপ্পগী শিংলকপা নোংলৈ নুংশিংনি
নোংপোক তন্না শিংলক্লে
মরাইবক থিবী কনাগী খাঙপোকশঙনো
হুন্নকপদা নোঙলৈ নুংশিংনা
তুথরক্লে, কিন্থবক্লে মচেৎ মচেৎ।

পুকচেল চাউবা কনা কনা লৈবগে
চোংথোকপিরক্নুনা অমুক্তং কনবিয়ু
অনৌবা য়ুম্বী অমত্তং য়ুংবিয়ু
ফুক্তোকখিদনবা, লাইরবীগী খাঙপোকশঙদো
চৎলগনি অঙাওবীগুম, মযুম মকৈ লৈত্রবদা।

মচা শমু পাঙ্গলবশিং লৈনা লৈনা
উবিদ্রববা মমাগী অৱাবসে
কদাইদা চৎখ্রবগে মপাবিশিংদুবো
বাজবি মমানদি মচাশিংগীদমক
লাক্নদৌবিবা মতমগী যাওল অমগীদমক। ✍

# নঙননি

লাইরিক তম্বা লোইরগা
থবক অমতং তৌরগা
চৎসি হায়বা নৎত্রো?
হৌজিক্তি করম তৌগদৌনো
চেংশু মরু'মতা লৈতবসিবু!
"নঙ্‌ননি"।

বুদ্ধি লৌশিং চঙখোম্না
য়ুম্বাম্লোনবু মুম্না খঙলগা
চৎসি হায়নবা নৎত্রো?
হৌজিক্তি কমদৌনি অসিদি
হাজিরা শুবা তারেদনা!
"নঙননি, নঙননিনে"।

কন্না শু-নোম্লবা মতুংদা
খুত্তসু পৈশা পাইর
হোনীমুন চৎশি হায়দাইনে
হৌজিকপু কমদৌ তারে
হোতেল বোই ওইরেদো!
নঙননি, নঙননি, নঙননিকো।

# মাঙ্খ্রবা লন

থিব'খে-থিরুরে, ফংদে
য়েংব'খে য়েংলুরে, লৈরমদে
পাব'খে পাজরে, খঙলক্রে
কদাইদবু লৈরমগবা মফমদো
কদোমদনো চংকদবা লম্বীবো?

চংমীন্নরুরে মীতোপ মীরানচাগসু
থেংনরুরে অমুবা জাংপুসু
মরুপসু ওইরুরে অঙৌবগসু
মখোয়নসু লীবিরে বারীশিং
মরমদম মজাতিগী ওইবদো।

অবা অনা-অমতা থিদনা
তু-খোঙ কয়া-কয়া লাল্লুরে
মাইকৈ-মরীগী ঈশিংসু থক্লুরে
খঙনীংবা থিনীংবা ফংনীংবা পুন্নমক
শুকফং ফংদনা হল্লকই নীংঙমদনা!

অদুবু মাঙখ্রিবা সনা-লুপা
লন-থুম পাঙ্গল লৌশিং কয়া
কোয়না চত্তুনা বানা থিরুববু
নক্না লৈরম্মী শুকলেঙ লেঙদনা
লাই ওইখ্রবা ইপু-ইপাগী তাবুনুংদুদা। ✍

# অঙাওবৈ চোইরোল

সনাগী লৈবাক্কি সনালৈবাক
মণিগী লমদম্নি মণিপুর
কংলৈ ইমানি কংলৈপাক
মৈতৈ লৈবাক্কি মৈত্রবাক
হৌ লৈবাক্কি হৌলৈবাক
হাও লৈবাক্কি হাওলৈবাক
অসিদসু নত্ত্রি লৈরি।

মমাবু নুংশিবা য়াম্মনবনা
ইমাগী মিংসু য়ামখ্রে ;
মমাবু নুংশিবা মচাশিং
খা-ঝাং-নোংপোক-নোংচুপ্পগী
মশীং খঙদব'খৈ চঙলকই
কনানা কনানো খঙদে
ইমাগী মচাগী মচা ঙাক্তা।

নোংপোক-নোংচুপ, খা-ঝাংদগী
পুল্লপ তিল্লরে মণিগী লৈবাকসিদা
য়েৎশিন্নদুনা, কোৎশিন্নদুনা, তিনশিন্নদুনা

## লনবোন কবুইগী

কনানা কনানো খঙ্‌লক্লবদা
মচি মচিদা পোকখাইরকই
মরক মরক্তা পোপথোরকই
অনৈবনা ময়াইদা, অরূবনা মতাইদা।
অচুম্বা অশেংববু কাওশিল্লক্লে
চৈরাওববু অনীরক চৈরাওখ্রে
মৈতৈ হায়ব্রা, মীতৈ হায়গদব্রা
মীতৈ ময়েক্লা, মৈতৈ মরোল্লা
মশীং কয়ানা কয়ানো খঙদে
খোংজোম লানসু অনীরক তৌখিব্রা
নীংশিংবগী শক্তি মাওশিল্লক্লে।

অমনা ঙাঙবা, অমনা তানীংদে
অমনা তৌবা থবক, অমনা পাঙনীংদে
লৈমিন্নরিবা ইচিল-ইনাওশিং
অমনা অমবু ইকাই খুম্নদে
ঈগী ঈখোং শেংদ্রবজাৎলা
ময়ান তুয়ান য়ানশিন্নববা
তোখাই তোখাই তানীংলিবশিং।

মকোক ওইনিংবা ঙাক্তনি
মমৈ ওইনিংবা য়াওদে;
মন্ত্রি, এম. এল. এ. নত্রবদি
লৈবাক্কী শেবা তৌবা য়াদ্রবরা?

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

শেল পাইরগা, শক্তিবু পাইদুনা
লৈবাক্কী শেবা তৌগে অসি নত্ত্রা?
অদুদি "অঙাওবা" ঐসু ঙম্মীনা।

করম তৌরগা পুনশিনগনি
করি ঋাহেনা তাইশিন্নগনি
করম্বা থবক্লা হান্না পায়খৎকনি
য়েৎনরিবা, কায়নরিবা ময়ামসে
মেনশিনবসু তাইশিনবসু হৈতেদো
থুগাইবদি হৈবা, শেমগৎপদি হৈতবা
অঙাওবৈ মতৌ তম্লুনু, নঙসু ঙাওরগেরা? ✍

# চৎখ্রগা হল্লক্কবা

ঙাইখো চৎখিনু য়াদবা
ফাদুনা থম্বসু ঙমদবা
মিকুপ অমত্তুং লেপহনবা
তাইবঙ কনানসু ঙমদ্রবা
চৎখি অসুম অসুম
হৌজিক হোরেল হয়েং
ঙসিগী মথংদা হয়েং
লোইখিনি পুন্সিসু খঙহৌদনা।

নীঙাইদনা লৈথোক্লি তাইবঙদি
মহৌশাগুম খন্না ঙসিসু
হল্লক্করোইদবা ঙরাংদু ঙাইদুনা
অফবা থবক্কী হয়েং
ঙাইরগনু মথংগী নুমিৎ
তৌগদবা নঙগী নথৌদুদি
ঙসিবু নত্ত্রে হৌজিক্লি

পাঙথোক্লো নঙগী থৌদাং।
তেল্লবা মীওইবগী পুন্সিনি
তৌগদবা থৌদাংদি য়াম্মীদো
মিকুপ অমা চৎখিবদা
নঙনদি খাম্বা ঙমলোইদো
নঙগী শিন্থা লোইরমদনা
হন্দোক্লুনা চৎকে থৌরাংগনু
অশিংবা মীগী থৌনাদি
পাঙথোক্লম্বনি শিন্থা পুন্নমক। ✍

# ইরৈবাক ইজাত্তিগীদমক

ঈশৈ শক্লিবা শৈশকপা
নজাত্তিগী শৈরোল অমত্তা শক্লকউদনা।

জগোয় শারিবা নঙসু
নরমদমগী জগোয়রোল অমত্তদি শারকউদনা

পুঙ য়ৈরিবা পুঙয়ৈবা নঙসু
নজাত্তিগী পুঙলোন অমত্তা য়ৈরকউদনা।

লৌ উরিবা লৌমী নঙসু
নরমদমগী ফৌ'খল খর পুথোরকউ।

লাইরিক ইরিবা অইবা নঙসু
নজাত্তিগী ময়েক্তা ইথোরকউদনা।

ফি শারিবা ফিশাবী নঙসু
নরমদমগী ফি'য়েক পুথোকউদনা।

সরকারগী থবক তৌরিবা শিন্মী নঙসু
নজাত্তি নরৈবাক্কীদমক খর কথোকউদনা।

অবাংবা থাক্কী শিন্মী নঙসু
নরৈবাক নরমদম কনবদা য়াওশিনবিয়ুদনা।

লমদমসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্না
ইজাত্তিগী, ইরমদমগী, ইরৈবাক্কীনি খন্না
নোংমদা মিকুপ অমত্তা ওইরবসু
নীংশিংবিয়ু, মীমান্নবা ইরমদমসু।

# অপুনবনা পাঙ্গন্নি

তুমদবা মীবু হৌদোকপা লুবগুম
অপুনবনা পাঙ্গন্নি খঙনা খঙনা
থৌশানদে, মাগী মাগী তোঙান তোঙান
চৎনখি, লিংখৎনখি, শেন্নখি
কাঙলুপ মচা মচা, মফম খুদিংগী।

লুচিংবনা মশীং খণ্ড্রবা লৈবাক
চুংশিন্নবা য়াদ্রবা কোক ময়াম
করি ওইরক্কনি, মচেৎ মচেৎ তাবা নত্তনা
লুচিংবগী ফম মুন্নবদা
লৈবাক্তি, লৈখা তারেদো নঙগী।

ইমা লৈবাক কন্নবা হোৎনবদা
লৈবাক মীয়ামদি থবাইনা পোম্বা পীনখ্রে
লুচিংবা নখোযদি কদায়দা লোৎলিবগে?
চোংথোরক্রো নখোয পুন্নমক
ঐখোয পুন্নসি, ইমাবু কন্নসি।

# মীওইবনি ঐখোয়

ফুরুপ অমনা ফুরুপ অমবু
কাঙলুপ অমনা কাঙলুপ অমবু
জাত্তি অমনা জাত্তি অমবু
ধর্ম্ম অমনা ধর্ম্ম অমবু
হুন্নরি, ভাঙনরি, নোক্নবি, য়েংনরি।

ঐনা হেল্লবনি, ৱাঙলবনি মতাগুম
হপ্পবা মিৎয়েংনা য়েংবিরি নোক্নবিরি,
অহেনবা তান্নবদা থোরকই পাপ্,
মীশি মীনা, মীহাৎ মীপুন
থোকহনন্নিংদবা থৌদোক ৱাথোক কয়া।

অমনা অমবু ইকাই খুম্নদবা
থৱাই পানবনি, জিবনি কাওরবা
নুংশিবা মচেৎ অমত্তা লৈত্রবা
অঙম অঙম্বা শেৎতুনা চানবা
করম্বা ধর্ম্মনো, করম্বা ফুরুপনো?

থৱাই পানবা জিব পুন্নমক্কী
নিংথৌরেন্নি অচৌবনি ঐখোয় মীওইবদি
লমজিংগদবনি থৱাই পানবা জিবশিংবু;
অফ-ফত্ত, অচুম অরান
খল্পবা ঙম্লিবা মীওইবা নত্তবরা?

# মতমগী য়াওন্দা

“চন্না চাও, চন্না শেংলু
বাখল বাঙনা খল্লু”
অহলগী পাউরৌ ফজবা
তায়োন্নরবা মতমগী য়াওন্না।

চন্না চাববু নোক্কবিবা
চন্না শেংপবুনা লক্কবিবা,
বাখল বাঙনা খলববুনা
অঙাওবনি হেক মহায়বিবা।

মিনুংশি খঙববু পাঙদবনি
অচুম্বা চংপবু অপঙবনি,
মীয়ামগী কখোকপবু অঙাওবনি
অপঙবনি হেক হায়জিনবিবা।

মরুটি কার তোঙলগনা
ইকাই খুম্নবা উংপা,
সাইকল অমনবা তোংববুনা
মিংচিনফাও হন্না য়েংবিদবা।

# লনবোন কবুইগী

অচুম্বা তৌবনা মায়থিরবা
অরানবা তৌববু য়োকখৎলবা
অশোনবগী মীচঙ লৈত্রবা
অকনবগী মাইকৈদা লেপ্পবা।

নঙনা শিবদি কায়দে
ঐনা শিবদি য়ারোই,
অশিবসু শিন্নবা য়ারবা
মহুৎ শিন্নবদা কায়দ্রবা।

লৈবাক্কী আইন চৎনদ্রবা
মীহাৎপবু কনবা ঙম্লবা
অচুম্ববু বন্দি ওইহল্লবা
পৈশানরা, নোংমৈনরা, গুলিনরা!

মতমগী ঈচেন্দা নঙসু
তাওথরগদ্রা কাউশিং ওইনা
অচুম্বা মশক খঙদনা
অশেংবা শক্তম্ মুউদনা। ✍

# ঐখোয়গী ঙমখৈ

মীগী ঙমখৈদদি মৈ ঙাল্লি
লম্বী থোং মতিক চানা লৈ,
ঐখোয়গী ঙমখৈদদি মৈ মম্মী
লম্বী থোং ফত্তে, মতিক চাদে
খেন্নরিবা ইরমদমগা মীরমদম।

ঙমখৈ পরিংদা লৈরিবা খুঙ্গংশিং
শেমগৎলি শাগৎলি চাওখৎনবা হোৎনৈ ;
ইরমদমগীদি সহরদা শেমগৎলি
ঙমখৈ পরিংগী খুঙ্গংশিংবু নীংশিংদে
ঐখোয়গী ঙমখৈ কদায়ফাওনো খঙজদে।

ইতিহাসতা চহী লীশিং অনীগী
পুবারি লৈ, ঙমখৈ লৈ ;
ইতিহাসনা সাক্ষিনি লাউরি
ইম্ফাল সহরদা লাউরি কোযনা
চীংয়া তময়াসু য়ৌদে, তাদে।

নঙনা লাউরিবা খোল্লাউদুদি
নকথ্রবা চুরাচান্দপুর, তামৈ ফাওবা য়ৌদে,

## লনবোন কবুইগী

মীগী খোল্লাউদি ঙমখৈ লান্না
অমেরিকা, জাপান, বেঙ্কোক, লন্দন য়ৌই
খেন্নরিবা করিগীনো ইরমদমগা মীরমগা!
হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা
অপিকপা ৱাখন্না মাঙদ থম
ঐতনা মঙাইরে খন্না
মচি মচি ইরাং হৌহনদুনা
লুচীংবা শারিবশিং, কদাই চৎখ্রে!

মীয়াম্না পামজনা খনখিবা মীহুৎ
চীংমী তম্মী অনীগী মখোয় "হুম্ফু"
মীয়াম্না খনবা শোইবগীরা
শেলনা লৈখিবা মীয়াম্না
লুচীংবনা লান্না লমজিংব্রা!

"মণিপুর ঙমখৈ কাইবা য়ারোই"
মীয়াম হুপ্না লাউখিবা
নকখ্রবা দিল্লিদফাও তাখিদে ;
মীয়ামগী খোল্লাউ লুচীংবনা মেনশিল্লি
লুচীংবা কনানো, ঐখোয়না খনখিবদুনি।

ঐখোয়গী ঙমখৈ ঙাক্লবা
ঙমখৈগী খুঙ্গংশিং শেমগৎসি
লম্বী-থোং ফজহনসি
মৈ-ঈশিং, মরাং কায়হনসি
ঐখোয়গী খুঙ্গংনা ঙমখৈ য়ুম্বী ওইহনসি।

# মণিপুর তাইমস

খন্নসি ঐখোয় অমুক্তং
করিগুম্বা থৌরম কয়াদা
পুং ১০ দা হায়নবদুনা
পুং ১২ দা মহৌবা
মণিপুরগী চৎনবী মতম-!

ঙসি তৌগদবা থবক্তু
হয়েং হংচিৎতা মওঙ্ষুবা
হয়েং শোয়দনা তৌগদবদুনা
হাপ্তাদা থাদা ওনথখিবা
চৎনরি নীংঙাইদনা লমদমসিদা।

হৌখ্রবা মতমদি হল্লক্লে
মীয়াম হুপ্না মখঙনৈ
থৌওইনদে, নাচুংবীদে মতমবু
মতমগী মমল খঙদ্রি'খে
ঐখোয় ৱাখিনি লাইররখিনি।

## লনবোন কবুইগী

চাউখৎলবা জপান লৈবাক
পৈশাদগী মতমনা লূই
মিনিট অমা থেংথবদা
মখোঙনা চেল্লি হায়দো
পম্মুংবু য়ৌনবা খন্দুনা।

থবক চিনবা মীগীদি
মতমবু মাঙহন্বা পাম্মুনৈ,
থবক লৈতবা মীগীদি
নাচুংবীদে মতম মাঙহনবদা
মতমগী মমল খঙদবনা।

মতম লেনবনি খন্দুনা
জুবার শান্নরিবা কাঙবু
নুংঙাইনবা "য়ু-বু" থক্লিবা
অরেম্বনি মখোয়গী পুন্সী
অঙকপনি খল্লুবদা মখোয়দো।

হৌখিবা মতম মাবু
কন্না তান্নদুনা ফারকসি
লোইশিল্লমদবা থবক কয়া
হৌখিবা অহল লম্মনশিংনা ;

লোইশিনবীসি নহারোল ঐখোয়না
খঙহল্লসি ঙসিদি মীয়ামদা
মণিপুরী হায়বা জাত্তিদি
মতমবু লীক্লা শিজিন্নৈ ;
লেপ্পখিবা মতমবু শোয়নদে
মীকুপ অমফাও মাঙহন্দে।

মিতীংদা থেংথনবা ইকায়নরসি
থবক থৌরম কয়াদা
কোন্না লাকপবু নোক্কবীরসি!
মতমগী মমল খঙদবনি
ইতোমতা খন্থরগা ইকায়নরসি।

মতম লীকনা শিজিন্নসি
মতমগী মমল খঙলসি
লেপ্পখিবা মতমবু ঙাক্করসি
হায়নজরসনু অতোপ্পা জাত্তিনা
মণিপুরী ফিক্স তাইমস।

# পৈশা

ফিলম পুথোকসিবো?
হোয়, পুথোক্লসি।

পৈশাদি?
খঙদেবো।

বেঙ্কতা লোন লৌরসিরা?
হোয়, মদুনা মফরে।

দিপোজিৎ থমদৌবা পৈশাদি?
মদুদি লৈতে।

ইন্দষ্ট্রি অমা লিংখৎলসিদনা?
অং, মদুমা তৌরসি।

বানোম শেলদি?
ইঃ অদুদি লৈতেহে।

লাইরিক মখল কয়া ইরগা য়োল্লসিনে!
হোয়, মদুনা ফরে।

প্রেসতা পীনবা পৈশাদি?
এঃ মদুমসু লৈতে।

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

ইনাক খুনবদা পুরসিরো?
হোয়; শিরা-শি, চণ্ডল-চণ্ড পুরসি।

ইখোলগী পাট্টাদি?
মদুদি য়ারোইহে!
স্নাদি লৈব্রো?
হুউ, লৈতে।

গাড়ীদি লৈত্রো?
মদুমসু লৈতে
শা, শলদি কয়াম লোইরিগে?
মদুসু অমতা লৈতে।
ও! থবক অমতা তৌবা য়াদ্রেদা।

ইখোলগা য়ুমগা-পুন্না য়োল্লসি?
এ! অদুমদি লৈফম লৈত্রেদনা!
চীংদা ওইনা লৈরুরসিদনা?
হেরা, মদুদি ওন্নরেদা
ঐখোয় অনীসে।

ঝা 'মা খণ্ড,
ঝা 'মা খণ্ডদ্রেসে।

পৈশা তারস্ত্রা থিরুরসি!
অতিংঙাদা খক য়েংঙুরনু
মালেম পৃথী 'থক্তদা
নোঙ্থরগা মুন্না থিরুরসি!! ✍

# ইমা মণিপুর

ইমা লৈবাক মণিপুর
চীংনা কোয়না পনশাবা
চীংমীনা কোয়না খুন্দাবা
ঋতু তরুক্না থৌগল্লীবীনি।

চায়াম পোকপী ইমানি
ব্রাত্ত-পাদবী পুক্কৈনি
পুন্নমক্তগী অখাঙ কন্নবীনি
অঙকপনি ইমাগী মগুনদি।

মতিক মগুণ লৈজবা
অকন অথৌ পোকপী
মীথোই মীহেন শন্দোকপী
ঈং-তপ্পী ইমানী মালেমদা।

মীখা পোন্না লৈনিংদবা
মনীং মখা তন্নীংবা
ইমা লৈবাক মণিপুরনি
মালেমদা তোমথিন শাৎপীনি।

ইয়েক ইরোল লৈজবী
জগোই ঈশৈ বাস্তবী
মালেম শাৎনা ফাওরিবা
স্না লৈপাক মণিপুরনি।

ঈংথবদা বাকচীংগী উনখাগুম
থোৎপদা লৈরাংগুম, থোৎচবী
কল্লবদসু থৌদু নুঙগুম্বী
ইমা লৈবাক মণিপুরনি।

অচুম্বা মীবু থাগৎপা
চঙজরকপা অরাম্ববু ঙাকপীহৈবী
হৌন লোনচৎপু খঙবীনি
মীনুংশি চাওবী ইমানি।

নুঙাই য়াইফনা পানবী
চাবা থকপদসু মহাওবা
মীয়ামগী ফিদম্নফম ওইরিবী
ইমা লৈবাক মণিপুরনি।। ✍

# থিরুসি য়েংলুসি

কদাইদগী হৌরকপগে ঐখোয়বো
করম্বা মফমদগী চাওরকপগে
মৈহৌরোনগী অহান্বা 'পু'দুবু
কদাইদা কমদৌনা লৈরম্মী
থিরুসি য়েংলুসি ঐখোয়না।

গাইরেমনং, গুইরেননৈ অনীবু
কনা কনানো খঙবরা
করি খুলদা পোকখিবগে
করিগী লাংওল্লকপনো তাইবংদা
থিরুসি য়েংলুসি ঐখোয়না।

জাদোন্নং, রানী গাইদিল্লু অনীবু
মালেম শিনথুংনা খঙলিবা
কনা কনাগী চাদা-নাওদানো
খঙলব্রা মরি মখোঙ পুম্ববু
থিরুসি য়েংলুসি ঐখোয়না।

য়ুমদগী হেন্দোক্তনা
লৈরনু ফুম্বংননা
থোরকও মপান্দা
ইপু ইপাশিংগী
হৌরকফমদু থিরুরসি।

চহী অমগী মনুংদা
মতম অমত্তদি কাইথোক্লকউ
য়েংলুসি করম্না পাল্লীবা
চীংমী ইচিন ইনাওশিংদো
থিরুসি য়েংলুসি ঐখোয়না।

চীংলোন মপনগী ৱাংমদা
ইফুরুপচা কনাবু লৈরিগে
মাইগৈ মরিগী মনুংদা
করম্বা ফুরুপ্পা খুন্দাররীবা
থিরুসি য়েংলুসি ঐখোয়না। ✍

N.B. (ক) "গাইরেন্নং অমদি গুইরেননৈ" মখোয় অনীসি মোইরাং কংলৈরোনগী ৱারীদা "খম্বা অমদি থোইবী" অনীগী লাংওনগুম্বনি।
(খ) জাদোন্নং অমদি রানী গাইদিল্লু মখোয় অনীসি ফ্রিদম ফাইটর ঙাক্তনি। ইমা লৈবাক মণিপুরগীদমক কখোকখ্রবা অথৌবা অথৌবীনি।

# বং চুরবা কোক

তলব ফংদে
থা ২গী ৫গী ১০গী
শেল পায়দে,
পুরুই মীঙোন্দগী শেন্দোইদা
৭ কাবী ৮ কাবী ১০ কাবীদা
তলব ফংই কোন্নদে;
য়েম্থোকখিবদা শেন্দোই শেল্লেপ
দুকানগী বাকী
চেঙ-চাকী, ঙা-থুমগী
দিউ অমুক তাই
তেরী মেরী অপনা সপনা
বং চুই খল্লুবদা-!

নুপী-অঙাংগী, স্কুলগী ফী
ভেন ভারা, টুইসন ফী
অসিদসু নত্ত্রি,
কৈরোই লৈকাই, মরুপ মপাংগী
পোৎয়েং চৈয়েং, হাওশি-নুংশি
ক্লবকী লৈকাইগী দোনেসন
কোক ঙাওই খনবদা।

তলব চাবশিংদি খরবু ফরমগনি
তলব চাদবশিংদি কৈদৌরমগনি?
খনবদা পুম্মম মম্মী
ঐতরা ৱারীসিবো খল্লি
ঐঙোন্দগীসু হেন্না ৱাবা লৈরম্মী।

অপায়বনা পঙ্‌পায়দা পায়শিল্লজাৎলা
পায়দবনা পৎ তৎলিসিবো?
য়ুমদা হঞ্জিনবসু তল্লে
নুপা নত্ত'দৌনা নুপীনা ঙাঙই
মীগী নুপানা কমদৌবা,
ঐগী নুপানা কমদৌবা?
মণ্ডল মণ্ডল খল্লি
হেক শিদোকঅদি নখোয় নুংঙাইনি।

কারিনো লৈবাকসিবো
মওং অমদি তৌরেসে
নুংঙাইরমদাইগীরা ৱারমদাইগীরা।

লম্বী চৎলি, চেক তৌই
আইদেন্টিটি কার্দ উৎলি
মৱা লৌবিদে, খুবাক্কুম থারকই
ৱাকৎফমসু লৈতে, খোইদৌ শাওগৎলি
ৱাকৎলবসু তাবিনবা লৈতে
প্রোক-প্রোক চাকই থৱাই
কান্নদে আইন লৈতে সিৱাইদা
চৈ-দুম চারক্কনি

লোক অপ্তা থমজিল্লক্কনি
তান চাদ্রদি মীহাৎপগী মহৎ
জেলদকা থাজিল্লকপা য়াই।

বা য়াম্না ঙাঙবা য়াদে
লমহেল্লবদি চৈদগী গুলি লাক্কনি।

ভাব তাদে, জ্ঞান মাঙই
লম্বীদা চুম্না চৎচবা
ঙাইখো হেক্তা থাম্লকই
খোইদৌদি থিৎলি
হা কাম্মু হেক মহাই
থক্তবা ঐঙোন্দা থকই হায়জিল্লি
মখোয়গী মনমদি ঐদি খাঙবা ঙমদে

শেল য়াওব্রা হংই
শেন্দি শিকি অমফাও য়াওদে
গাডীদা কাখৎলু ইনখৎলি
জ্ঞান তাদে বং চুই।

ডাক্টর পাস তৌই
য়ু থক্তে হাযরকই
কোইনা পুবগা থাদোবকই
থেংলকান্দা পুলিস ষ্টেসন্দগী।

খোঙনা য়ুম ফাওবা হল্লকই
লম্বীদা চৎনা চৎনা খল্লকই
ঐবু ঙাওরজাৎলা থেংলবা অহিংসিদা

## ঈগী মচুদি খেন্নদে

ইথন্তা চৎলিবা লম্বীসিদা
বং চুরবা কোকসিবু পুদুনা
করন্না য়ুম চঙগদৌরি!

খন্ন খন্না লাকপদা
জিপসি অমনা ইনাক নক্লা
ব্রেক খংফা ফারগা খাম্মী
খংপ্রেক খংই, চপ লেপ্পী
নঙ য়ু থকপ্রা, ফাজিল্লু
ঐনা খুম্মী "ঐ য়ু থক্তে,
পুলিস ষ্টেসন্দগী হৌজিক্তা ঙাইরি
থাদোরকপা"
করিগী থেংনা চৎলিবা
নঙ হুরানবরা?

লীচৈনা নঙন্দা শেৎথরকই,
ঐগী পারবা ফুরিৎসিনদি কৈদৌরুনি
মমি অদুম তাই, পোমখৎলকই ;
থুনা নয়ুম চৎখ্রো, লাউরম্মী
খল্লকই ঋাখন্দা মসিনরা
নুমিৎপু হেক তাখ্রবদি
ময়ুমদগী মপান থোক্লড্রিবসে?

শিবু শিদ্রবা লাইবক ফরবনি খন্দুনা
চৈনাদু পুরগা প্রপ প্রপ লাকই
য়ুমদদি য়ৌরগে খন্না। ✍

# ব্রাহং অহুমগী পাউখুম

ব্রাহংঃ-

মশক মতৌ ফজবী,
লাইরিক লাইশু হৈরবী,
বুদ্ধি লৌশিং লৈরবী,
নুপী অমবু লৌরগে খল্লবদি
নহাক করি তৌবা তাবগে?

পাউখুম ঃ-

লাইরিক হৈবা,
বুদ্ধি লৌশিং লৈবা তাই,
য়ু, চুরুট, বিড়ি
ময়াই কাবা নিশা
পুন্নমক থাদোকপা তাই।
লমচৎ, ব্যাবহার, লীচৎ-শাজৎ
ফবগা লোয়ননা ঈং-তপ্পা-তাই
মদু ওইরবদি থুংনগনি
নীংলিবা পান্দম য়ৌবা ঙমগনি।

ৱাহং ঃ-
পৃথিবীদা নঙনা খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজগদবা
পাম্মুজগদবা পোৎশক অহুমখক লৈ।
মদু করি করিনো?

পাউখুম ঃ-
ইহান হান্বদা "ইরৈপাক মণিপুর"
অনীশুবদা "ইমালোল অমদি ইনাৎ"
অহুমশুবদা "ইজাতি"

ৱাহং ঃ-
নজাত্তিগীদমক অফবা থবক
করম্বা মতমদগী তৌবা হৌগদগে?

পাউখুম ঃ-
হয়েং নত্রে ঙসিনি,
ঙসিবু নত্রে "হৌজিকনি,"
শাফী লানফী শেৎলরো,
নীংখা তম্লনবগী লানফমদা
থবাই থাবা পাম্মুদনা লানহৌরসি
চংশিল্লু মতম হেন্দোকখিদৌরে।।

# ঐখোয়গী চীংলৈবাক

শেমগৎ শাগৎপদা শোখাহৌরবা
লৌমীনা মশীং যাম্লবা
নোংমগী চাবাগীদমক তাম্লিবা
লাইরবা খুঙ্গং চীংলৈবাকসিদা
মিৎয়েং চংশিল্লসি ঐখোয়।

হন্থবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা
কয়াম কুইনা থমখিগদগে?
লবাই-থবাইনি, খুঙ্গংনি, চীংলৈবাক্তি
হন্দোকপা য়াদ্রবা ইরমদম্নি
কনানা য়েংবিগনি শোখারবা মখোয়বু।

চীংলৈবাক্তি, শেমগৎ শাগৎপদা
মতমসু অদুম্মক থীহুগনি
লম্বী-থোং, মৈ-ঈশিংদা
খেন্নগনি চীং-তম অনীগী
শেল-থুমদগী মতমসু।

য়েংশিনবিদ্রবা চীংলৈবাক্কী খুঙ্গংশিং
নোংম-নোংমগী শোকচিল্লক্লি
হিংনবগীদমক নোংমগী চারা থিরি
লম্বী-থোং, মৈ-ঈশিংগী, মহৈ তম্ফমগী
চাউখৎপগী খুদম মমি তাদে।

## ঈগী মচুদি খেমদে

শুফম নোমফম লৈত্রবা
হিংননবগীদমক য়ারক্লবদা
উপাই থিরকই হিংননবা
নহারোল কয়া চোংথোরকই
অরানবা লম্বীদা চৎনখি।

লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা কৈদৌরি!
মশাখক্তংগী খন্দুনা, লৈনরি
ইম্ফাল সহরদা, দিল্লিদা, মুম্বাইদা
প্লোট বিল্ডিং অচৌ-অচৌবা
মীয়ামগী শেলগাওদগী লৌথোক্লুনা।

চীংমী তম্মীগী লুচিংবশিং ইরমদমগী
থাজবা মাঙলবা লুচিংবশিংনি ;
রাশক চাম্মা শক্লবসু
খুদি অমদা কাওখিবগুম,
ঙসিগী রাশক্লা হয়েং কাওখি।

চীংলৈবাক্কী লুচিংবশিংনা
তমদনা অমা ঙাঙগনি
অফবা শাবা মণিপুর কনবগী ;
চীংদা অমমুক ঙাঙগনি
তম্মীশিং ফত্তে, ঐখোয়গী চাকথুং মুনখ্রে।

অপঙবা মীয়াম্নদি খঙবিদে
থাজৈদো লুচিংবনা ঙাঙবনি;
চীংমী তম্মী অনীগী মরক্তা
শীঙচেপ থাজিল্লি লুচিংবশিংনা
নুংশিনদনবা, তোখাই তানবা মচিল-মনাও।

## লনবোন কবুইগী

শেমগৎ শাগৎনবা চীংলৈবাক খুঙ্গংগী মিংদা
শেলবুন খাওজাও খাওজাও লৌরগা
নুংঙাইনা লৈথোকইদো দিল্লি, মুম্বাই, মীরৈবাক্তা;
মীয়ামদি ঙৌরেদো, কম্বী থক্তা খাম্বী মৈনা
তম্মীগী লুচিংবশিং করি য়েংলি মীৎ উদ্রবরা!

কুইনা ওমদুনা থল্লিবা মৈগী চীংজাওগুম
পোকখাইরগদবা ময়ি চৎলক্লবা ফাওবা
নীংঙাইদা লৈথোক্লি তম্মীগী লুচিংবশিং
চীংলৈবাক্লা লৈত্রবদা তম্মীশিং
করি ওইহৌনি, খুজিন মমাইমুক পাকপা তম্পাকলম্না।

হৌজিকসু মতম লৈরি কন্ননবা ইরমদম
করিগী তুমিন্না লৈরি লোম্থোক্তবগুম,
চৎলো চীঙলৈবাক্তা, উরগনি খুদিংমক ;
চীংলৈবাকসিসু নরমদন্নি নরৈবাক্লি
মুখৎলুরো হৌরক্লিবা মৈরীসে।

ইম্ফাল সহরখক্তদা লাউবনদি তাররোই
চীংথক্তা কাদুনা লাউলুরো
তাননবা চীংলোন মাপন্দা
চহি ২০০০ গী ইরমদমগী পুৱারী
ইপু ইপাগী য়েহৌঙৈগী ৱারী শীঙবুনশিং।



## Published by the Author

1. TAAKLAKNIMEI MUN-RIANG
   (The Unbreakable Garland)
   A compilation poetry
   1st Edition 1984
   2nd Edition 1997

2. CHABUAN-GUAIRUI THEITUANG PHULLING-E
   (Youths are the Future Pillar of the Nation)
   A Drama - 1998
   2nd Best Script Award - 1982
   (The 1st All Zeliangrong Naga Short Play Competition & Theatre Seminar)

3. ASEI HAMAKHE ATAODITHE
   (Not today, it is right now)
   A Drama - 1989
   Best Script Award - 1984
   (All Zeliangrong Naga Short Play Competition & Theatre Seminar)

4. RIANLAMEI AJEN-BINA
   (Unfortunate Ajen-Bina)
   A Drama - 1990

5. RONGMEI LAT
   (A Translation of Kabui Dialect to Meiteilon) - 1992

6. JINGBAMMEI ZELIANGRONG
   (Zeliangrong in the Darkness)
   A compilation Poetry - 1996

7. TRANSLATION OF THREE LANGUAGE
   (Meiteilon, Tangkhul & Kabui) - 1999

8. EEGEE MACHUBI KHENNADE
   (Meiteilon Poetry) - 2002

---